ফোংদোকপা
**খুমনথেম রাসবিহারী সিংহ**
**জম্বহাম লৈকাই।**




# কনাগুম্বনা নাটক'সি মঞ্চদা উৎলমদাইদা রূপমহলদা তঙাইফদনা তাকপীরম্মু॥

অহানবা ফোংবা—১৯৬৫ ইং
অনিশুবা ফোংবা—১৯৭৮ ইং
কপী—১,০০০

নম্বম—
**দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস**
**ইম্ফাল**

# FOREWORD

I have gone through Shri Meitram Bira Singh's play entitled "BIR TIKENDRAJIT" in manuscript and also have seen the performance of this play on stage several times. This play beautifully depicts the spirit of independence of the Manipuris in the episode of 1891. This play was first produced in 1951 at Rupmahal stage. It has been running repeat shows and is still popular. It has earned a great acclamation from the press as well as the public.

The writer presents the story with masterly skill and in a language which is really beautiful and lively. So far as, I understand, some scenes from this play have been inserted in text books for schools and colleges. The writer deserves encouragement for publication of this invaluable play in the interest of modern Manipuri literature.

**S. Krisnamohan Singh**

*Congress Bhavan, Imphal.*

ইমা, ইমা, পোক্নকম ইমা
পজেম অহমগী থুবাথবাজদা
নচাগী বীর টিকেন্দ্রজিং নাটক
কচচরি পিরাং পিরোইমদুনা—;

তোমবা মচা
মৈত্রম বীর সিংহ

# রাহৈ খরদং

কোইরেং যুবরাজ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেল অনিবু ইংরেজশিংনা ফারগা ফাঁসি তৌহ্না হাংখিবগী রারী অসি ঐনা অঙাং ওইরিঙেদা অহল লম্মলনা রারী শানবদগী তাখি। মতম অহুদগী হৌরহ্না ঐগী থোপত্তা মরিকচূম্বা রারী তানিংবা অমা চুথি। মমৈথংদা ভারতকী নিংতম-আন্দোলনগী মৈফমদা ফুদোংলবা বিপ্লবী সহিদ কয়াগী রারী তারকপদগী কোইরেং যুবরাজ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেলনচিংবা মণিপুরগী সহিদ কয়াগী মরমদা খিজিজহ্না নাটক অসি খৃষ্টাব্দ ১৯৪৯ দা ইবা হৌরে।

ঐগী 'বীর টিকেন্দ্রজিৎ' নাটক অসি ইতিহাস নচ্চদে। নাটক অসিগী প্লোট শেম্বা মতমদা টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল অনি অসিবু ফাঁসি তৌহ্না হাংখিবগী পোলোই অসিতমক য়েংহ্না হৌখিবনা, তশেংবা ইতিহাসকী রাহৌগা খরা খেন্নবা লৈরম্বা য়াই। অহুগা নাটক অসি মপুং ফানবা হোৎনবদা, মতেং পাংবা চরিত্র কয়াদা ঙা-থেংহ্না চৎপা কয়াসু য়াওরম্বা য়াই, মহ্ ঐনা ইজবা মতমদা শোক্রসহ্ন হায়রবা রাখলগা লোয়নবদি নচ্চদে।

ঐনা নাটক অসি ইজরুবদি ঙসিগী অমসুং হয়েংগী নাহারোলশিংনা বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেলগুম্না মরৈবাক মজাতিগী দমক্তা শিববু শাম্নপোৎকুম থনবা ঙম্বা পান্দম অসিতং পামজরুই। মরম অসিনা নাটক অসি পাবিবা কনাগুম্বদা "ঐ ঐনা হিংলিবসি ইরৈবাক ইজাতিগী দমকনি" হায়বা রাখল অসিতং পোকহল্লবা ঙমজরবদি ঐনা হোৎনজবগী মহৈ য়াজরে।

ঐগী নাটক অসি মঞ্চদা পুথোক্নুনা উৎপদা থোইদোক হেন্দোক্লা হৈ শিংবা উৎপীহুনা মপুং ফানা শেমগৎ শাগৎখিবা রূপমহলগী কলাকার পুন্নমক্কী মফমদা শিংতমজবা অম্মল তোক্লবনি।

মৈরেম বীর সিংহ
য়াইস্কুল অমখান
ইম্ফাল

# বীর টিকেন্দ্রজিৎ

## অহানবা মশাং

### অহানবা উৎপা।

**অমুক পুং তন্না তাবা মতম**

( মণিপুর মহারাজগী দরবার মফুংনি—দরবার ফমগদবা মতম ওইশিনল্লকুগ্ননা যুবরাজ কুলচন্দ্র, গিরিধারী অমসুং রসিকলাল কুণ্ডু ফমগ্ননা লৈরম্মী মণিপুরগী নক্সা অমা য়েংমিন্নরম্মী অতুদগী কুণ্ডুনা বাফম অমা হোৌদোকললকই )

রসিক—যুবরাজ কুলচন্দ্রজী ! মণিপুরগী রাজকুমারশিং অসি অমগা অমগা মুংশিনদ্রে, খৎনতুনতা লৈরে, লৈবাক'সি লাংহল্লে, অওম্বশিংসু পুকচেল তিন্নদ্রে, প্রজা কনানা থাজগনি— ?

কুলচন্দ্র – সেক্রেটারি ! মীপুম খুদিংমক অসি রাখল মান্নদে কনানা অমা খল্লি, কনানা অমা পাম্মী অতুনা মাগী মাগী রাখল অমদি অপাম্বা অতু পাংথোক্লবা হোৎনবদা অমগা অমগা য়েংথিনবা মুংশিনদবা হায়বা অসি থোরক্লিবনি।

গিরিধারী—সেক্রেটারীখোয়সু অতু মঙাইদা এজেন্ট সাহেবকী য়াথং অতু অপাম পামদা অমুক য়েংলুবা তৌদনা লাইনা হায়বগুম্না থনবদগী রা কয়া য়ান্নদবনি অতু নৎত্রবদবু পুকচেল চাওরবনি

হায়না লৈরিবা সেক্রেটারীখোয়স্থ অহুক ফজবা 'হায়বা ইনবা' মিংচৎ কদাইদগী ফংবা ঙমগদগে !

রসিক—চুম্মে গিরিধারী বাবু চাকরী তৌবগী রা হায়রেদি ঐখোই বাঙ্গালীনা মণিপুরীবু তম্বীবা লায়না ঙমগনি।

গিরি—মাহুস্থ অরানবা নত্তে মরমদি ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানিনা ভারত-তা খ্বাইদগী হান্না বাঙ্গলা লৈবাক্তা বাঙ্গালীশিংবু তম্বীখি। ঐখোইগী 'সিদস্থ হৌজিক্তি অংগ্রেজ লৈবা হৌরবনিনা অতোপ্পনা তম্বীদ্রবস্থ নোংমা নোংমগী অস্তুম হৈজরক্লগনি—, করি হায়বগে ?

( নিংথৌ লেংশকপগী বিউগল খোংলকই, ময়াম পুন্নমক তুমিন্ তুমিন্ লৈনরে, টিকেন্দ্রজিৎ, খাঙ্গাল, পাকাসনা, যাত্রাসিং স্থবিদারনাচিংবা থৌগল লাকল পুন্নমক্তা লোয়ননা সুরচন্দ্র মহারাজ লেংশিল্লকই, সনা ফাংবলদা লেঙশিনগ্রে, ময়াম্ব ফম্বা ঈহুল পী, রসিকলাল চে অমা শ্রীযুৎতা কৎশিল্লি )

সুরচন্দ্র—দরবার অসিদা তিল্লিবা অঙম অথৌ পুন্নমক। ঙসি ঐনা লৈবাক্কী অঙম অথৌ পুন্নমক্তা করিগুম্বা রাফম খরদং রাহৌদোক ওইনা নিংশিংজনিংই। মণিপুর সনা লৈবাক অসি মনিং-মখাতম্বা কনাগীস্থ মখা পোন্দবা লৈবাক অমনি, অহুন্নদি ওইরগা নোঙ্গাখ্রবা সার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা-হাকতক্তা জিলাদা অংগ্রেজ সরকারগা য়ানখিবা চুক্তি অমগী মতুংইন্না মণিপুর সনা লৈবাক্তা প্রজাশিংনা মনিং-মখা তম্না ইংনা পাঙনবা, লৈবাক অসিগী কনাগুম্বা প্রজানা তৌঙমদবা থৌনা উত্তুনা লালহৌবনাচিংবা তৌদনবা হায়হুনা

পোলিটিকেল এজেণ্ট অম , মাগী লোয়শং অমস্থং সিপাহিগা লোয়ননা থম্বীরি। এজেণ্ট সাহেবনা মন্থংগী লৈবাক রায়েলদা পাওতাক পীবদগী হেন্দুনা খুৎ থিংজিনবগী থোই-দোকপা রাফম চুক্তি অত্থদা য়াওদে হায়বা অসিস্থ খ্যাইনা খংবিরিবা অত্থনি, অত্থম ওইনমক ঐনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ অমা ওইনা, মণিপুরগী নিংথৌমচাশিংনা অমদি কনাগুম্বা প্রজানা মরক মরক্তা লাল হোত্থনা লৈবাক প্রজাগী শান্তি থুগাইবা অসি প্রজাগী চাওখৎ লম্বীদা য়াম্না অমাংবনি, করম্বা পাম্বৈনা অসিগুম্বা মীচং কনবদগী ওইবা প্রজাগী মনিংদি ইথুং থুংদবা অসি কোক্কদগে হায়ত্থনা এজেণ্ট সাহেবতা অনৌবা প্রস্তাব থরা অত্থগা লোয়ননা এজেণ্ট মশামকস্থ অসিগুম্বা মণিপুরগী দরবারদা য়াওবীয়ু লৈবাক্কী রায়েল থৌদাদা তেংবাংবীয়ু হ'য়জরুবদা য়াম্না হরাওনা য়াবিরকই, অত্থগা প্রস্তাব অত্থস্থ দরবারদা থম্নসি হায়রকই; অত্থবু ঙসিগী দরবার অসিদদি হকচাং ঙমদ্রে য়াওররোই হায়ত্থনা চে অমা পিরক্লে, অত্থনা সেক্রেটারী রসিকলাল কুণ্ডুবু সাহেবকী মহুৎশিন্‌বা ওইনা সাহেবকী অপাম্বা মত অত্থ দরবার অসিদা ফোংদোক্নবা অমদি তাম্ন-নবা থারক্লি। ( রসিকলাল হৌগৎতুনা মযামদা খুরুমই )

থাঙ্গাল ( হৌগৎতুনা ) শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ! শ্রীযুৎকী অনৌবা প্রস্তাবতা সাহেবকী মত অত্থ থম্নদ্রিঙৈগী মমাংদা ননাই ঐনা চিংনজবা থরদং হক্সৎচনিংই, সনায়াথং ফংজনবদি!

সুরচন্দ্র—হায়বিয়ু ইপু!

থাঙ্গাল—সনায়াথং তাকপিখিবা—এজেণ্ট সাহেবনা প্রস্তাব তৌবা অমদি লৈবাক রায়েলদা য়াওবা হায়বা সনায়াথং অহুবু কমদৌবা ? এজেণ্ট সাহেবনা চুম্না পাওতাক পীবদা নত্তনা করিগুম্বা অনৌব আইন্ কানুন অমা শেম্বা ফাওবস্নু মপাঙ্গল লৈনা, ননাই ঐনা হঙ্গৎচরিবদি,—মহাক্কী মত অহু ইন্দবা য়াদবা মওংগুম্বা শক্তি সনা য়াথং অহুদা পীনবিগ্রবরা।

সুরচন্দ্র—মাহস্নু মতমগী মতুংইন্না লৈরকপা য়াই অওম্বা।

টিকেন্দ্র—শম্না হঙ্গৎলবদা লৈবাক রায়েলদা থুৎ থিজিনবা— ?

সুরচন্দ্র—হোয়—মাহুনি হায়রবস্নু য়াই সেনাপতি।

থাঙ্গাল—শ্রীযুৎ সনায়াথং ওইরবরা নত্রগা এজেণ্ট সাহেব মশামক্কা চোংথোকলকপ্রা ?

সুরচন্দ্র—ভারত সরকারগী মহুৎশিনবা মী অমদা অসিগুম্বা অরুবা হিরম খরা শিন্নববু লৈবাক্কী করি অমাংবা লৈবগে ?

থাঙ্গাল—অহুনদি শ্রীযুৎ সনায়াথং তাকপিখিবা মীথা পোন্দবা মনিং-মথাতম্বা লৈবাক হায়বহুদি নত্রে মওং অমদা মীথা-পোনবা হায়বহু থোক্তিবরা নিংথেম।

সুরচন্দ্র—মীথাপোনবগী রাদি করি অমক্তা য়াওদেনা ইপু !

থাঙ্গাল—ভারত সরকারগী মীনা লৈবাক রায়েন্দা থুৎ থিংজিনবা হায়ব'সিমক মপুংফানবা মীথাপোনবা নত্রবস্নু মওং অমা ওইনদি মীথাপোনবা হায়বস্নু য়ারে।

পাক্কা—মহুদি হন্দক্তা নত্তে মমাংঙৈদগী হোনা লৈরকলবনি।

থাঙ্গাল— মমাংঙৈদগী হায়বদি ?

পাক্কা—চহি খুদিংগী লুপা খরা এজেণ্ট সাহেবতা পীরিবা অসিনি।

থাঙ্গাল—লুপা অদু পীবগা মীখাপোনবা পোন্দবগী রাফমগা য়াম্না থাপ্নগদমাল্লেনে শগোল হঞ্জববু।

পাক্কা—ঐগী মততি, লুপা পাদুনা থম্বা মী অদুদি লৈবাক রায়েলদা য়াওহনবা অসিনি।

থাঙ্গাল—মদুনা সনা ইবুংঙোগী মত ওইরবদি মত খোম্বগী মতাংদু য়োঁরক্ত্রিদনা!

পাক্কা—ইপুখোয়না হঙ্গৎলিবা অদুদি পুক্লিংগী অপাম্বা মত নত্রিবরা?

সুরচন্দ্র—পাক্কা (খাম্বা) ইপু! হৌজিকমক্তি মীখা পোনবগী থোই-দোকপা রাফম য়াওদ্রি; অদুক লৈবাক্কী অশিল-অরাং ওইহনসি হায়বতনি।

টিকেন্দ্র—অজ্ঞা! এজেণ্ট সাহেবনা শেমলকপা নিয়ম অদু করুনবগী শক্তি দরবার অসিনা লৈতেদনা?

সুরচন্দ্র—এজেণ্ট সাহেবনা শেমলক্কদবা নিয়ম অদুদি ঐখোয়না হান্না অসিনি অদুনি হায়বা তাকখিগদবনি।

থাঙ্গাল—দরবার অসিনা তাকখিগদব্রা?

সুরচন্দ্র—ঐননি ইপু।

থাঙ্গাল—অদুনদি অসিগুম্বা মণিপুর সনা লৈবাক্কী দরবার অসিদি চুম্না পাও তাবমখৈদা মঙাইগদৌরিব্রা? শ্রীযুৎকা এজেণ্ট সাহেবকনা অসুম ফৈ হায়বা মওং অদু লেপ্নথোকপিখ্রগা লোইরে—;

পাক্কা—নিংথৌনা লৈবাক্কী ফনবা তৌরি অমদি তৌগনি হায়বা থাজদবা মী অদুদদি শ্রীয়ুৎনা তাকপিরিবা সনায়াথং অসি য়ানিংদবা য়াই।

থাঙ্গাল—সনা ইবুংঙো! রা 'সি খরা খরা খন্থরগা হঙ্গৎলবদি তাবদা অত্থক হক্লা রারোইদবনিকো।

পাক্কা—খন্থবা খন্থদবা করিনো য়েৎনরিবা ঙাংনরিবা রাফম অসিনা তাক্লেদনা নিংথৌবু থাজদে হায়বদো।

কুলচন্দ্র—( মরক খৎনা ) চুম্মিদা রাফমশিং অসি, নিংথৌনা লৈবাক্কী মপুনি, নিংথৌনা অপাম পামদা মতুংইন্না লৈবাক রায়েনবা হৌনশানি, অত্থদা শ্রীযুৎনা অরুবা খবক খরা এজেন্ট সাহেবতা শিন্নবিনিংই অসিতনি, লৈবাক প্রজাগী ফত্তনববুদি কৈদগী শীনগবনো?

সুরচন্দ্র—খবক্তা হৈ-শিংবা পোরম য়াম্না উবদি মীরৈবাক মচাশিং অসিনা ঐখোইদগী, ফনমক হায়তুনসু খরা মহেল্লি।

থাঙ্গাল—এঙ্গাং শীনবীনা চানিংবা এঙ্গাং থোংবদি হৌনশানি, সনা বুদ্ধি তৌবীগনি নিংথেম, মীরৈবাক মচা কনানসু লাইররবা মণিপুর মচাগী অরা-অনং খংবি-উবিরোই; মৈত্রবাক্লা চাওখৎলগা মখোইগী করি তোংজবা লৈহনা মীরৈবাক মচা কনানা করি চাওখৎনবা হোৎনবিরগদগে, ওৎ নৈহনা মখোইগী থুহম মখাদা থম্বা য়ানবতা শীল্লকদবনি।

সুরচন্দ্র—হায়সি হায়বগী মহায়বনি, মৈতৈ ঐখোইদগীদি মীরৈবাক মচাশিং অসিনা লৈবাক রায়েন্দা হৈবা য়াম্না হেনুগ্রে।

টিকেন্দ্র—হেনুমনবা অত্থননি নমাই ঐখোইনা চিংনজরিবা, সনাবুদ্ধি তৌবিগনি অজ্জা, মণিপুর সনা লৈবাক অসিদা বিজাতি মরৌলৈবশিং অসিনা খোংদারকপদগী করি থোক্লবগে? নোংমা নোংমগী প্রজাশিংনা রাবা, চাবা থকপা ফংদবা,

লৈবাক অমত্তগী প্রজাদা মীচং-শঙ্গন অচান-অরাই নাইবা রায়েলনচিংবা কয়াস্থু থোক্লে, অসিগী মহৈদি লৈবাক রায়েল্লিবশিংগা প্রজাশিংগা মুংশিনদবা, অদুনা লৈবাক প্রজানা ইংনা মরাতপ্না পানবদি ওইথোক্তবনি ।

সুরচন্দ্র—ঐনা খনবদি মৈতৈ অঙম্বশিংবুদি প্রজানা উশিং থৌওই-নদে, অদুনা প্রজা লাঙই, লৈবাক্তা শান্তি থম্বা ঙমদে। মীরৈবাক মচাবুদি য়াম্না কিনা খল্লিনে ইপু।

থাঙ্গাল—কিদবা উশিং থৌওইদবা নত্তেনে নিংথেম, হায়জবা তাবিগদবা মুংশিবা মীদা রাঙাংনিংবা হায়জনিংবসি মীওইবা ঐখোইগী হৌনশানি; মৈতৈ প্রজানা মৈতৈ অঙম্ববু মুংশিদুনা মখোইগী মনিং থুংদবা অরাৎপা অদু অঙম্বশিংদা ঙাজরকপদনি, অদুগা, লৈবাক রায়েল অসি মীরৈবাক মচাদা শিন্নরগা প্রজানা কিগনি হায়বা সনাবুদ্ধি অদুদি খরদং ওন্নরগত্রনে নিংথেম।

সুরচন্দ্র—অদুনদি লৈবাক রায়েন্দা সাহেব য়াওবসি ইপুখোইদি ইপাম পাম্বীদ্রে ?

থাঙ্গাল—নিংথেম! মীরৈবাক মচা বিজাতিশিং অসিগী থৌওই উশিত্তবা মিৎয়েংগী মখাদা হিংদুনা পানগদবগী শরুকপুদি মতমগী মতুংইন্না সনা থৌগল অসি ফাওবস্থ ... ... .... !

গিরিধারী—অজ্ঞা! মীরৈবাক মচাশিং অসিনা ভৌবা ঙমলিববু ফম্ক্ম্ ফংলে হায়দুনা ইপু ইনাই ঐখোই ফাওববু তকথোক তকশিন তৌরকখিগদবনি, মণিপুর মচাগীনি হায়দুনা খুজিন-মুক পাকপা লেপফম লৈরকলোইদবনি, মসিদি ভারতকী

ইতিহাসনা সাক্ষীনি, লৈবাক লোৌবা হৈবদা অংগ্রেজ ফাওরিবনি, অহুনা য়ারিবা মথৈ ঐখোয়না চেকশিনহৌবদি ফৈ অজ্ঞা।

সুরচন্দ্র—অহুম অহুম ওইনমক অঙম্বা পুন্নমক। ঐনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ অমা ওইনা রায়েল থৌদাগী মরু ওইবা হিরম খরদি এজেন্ট সাহেবকী মখুত্তা শিন্নদবা য়াদ্রে; মাসি ঐনা ঙম্মী হায়হুনা ইনিংতৌনা খ্বাইগা তান্নরমদনা পিথোকখিবনি হায়না লৌবিগন্নু লৈবাক প্রজাগী খর ফগদ্রা হায়হুনা ঐনা য়াথোকচরমলে, য়ানখ্রবা রাফম অমুক হোংবদি মমাংৈঙগী চুক্তি অহুনসু য়াদ্রে অহুগী মথক্তা ইপা ইপু হাকতক্কগীসু চৎনরক্তে ।

থাঙ্গাল—মীখাপোন্দবা মনীংমখা তম্বা লৈবাকী প্রজানি হায়হুনা ঐখোয়না চাওথোকচরিবা হরাওজরিবা অসিদি অরেম্বা তারেদনা নিংথেম!

সুরচন্দ্র—থবক হৈ হায়হুনা থবক খরা শিন্নবতনি মীখাপোনবগী রাফমদি য়াওদেনে ইপু!

টিকেন্দ্র—নিংথৌগী শক্তিনা শিনবিখ্রবা থৌরমনিনা ননাই ঐখোয়গী থোইদোকপা হঙ্গৎচনিংঙাই লৈজদ্রে।

কুলচন্দ্র—মখোয়গী থবক মতম খর য়েংখিবা হায়বহু মঙাইরে।

টিকেন্দ্র—অমুক য়েংদ্রবসু খংহুনা লৈরবনি, নোংমা নোংমগী প্রজাগী মনিংমখা তম্বা মাংশিল্লকপদি মশানা তারবনি।

পাক্কা—ঙসিগী দরবার অসিদা ঙাংনরিবা রাফম অসি ঐখোয়দি তাহুনা

লৈবা ঙমজরক্তে। ঐনা শ্রীযুৎকী পক্ষদগী ওইনা অঙম্ব-শিংদা রা খরা হংজনিংই।

থাঙ্গাল—করি রানিনা মনাও ইবুংঙো?

পাক্কা— লৈবাক্কী নিংথৌনা অসিগুম্বা হিরম অমা লৈবাক্কী ফননবনি হায়ত্থনা শীল্লকপদা য়াদবা অসি ফম্নাইবা অঙম্বশিংগী মথৌ নত্তে।

থাঙ্গাল—অচুম অরান অফ-ফত্তা শুকখন খন্নদনা হোদোক্লকপা হিরম অমা অপংবা অঙাংদৌনা হেক্তা য়াথোকপদি চুম্বদো সনা ইবুংঙো?

পাক্কা— খন্নবগী রা নত্তনা য়েৎপগী রারমতা পুথোক্লক্লিবা অসি নিংথৌগী মাইয়োক্তা লেপ্লীবা নত্রা?

কুলচন্দ্র—ইবুংঙো? ইনাওগী রা অত্থু ভাব অমরোমদা চৎখ্রে, অহল লম্মন ঙাক্তনি থোইনা কায়বা থৌগল্লোল থোক্তবা রাফম য়াওত্রি, অমুক্তা তপথখো।

পাক্কা— কায়বা হায়ববু দরবার অসি ওইবা য়াদনবা শীল্লিবা মওং অসিনি।

টিকেন্দ্র—খ্বাইনা পান্নদবা রাফম খন্নরবদি য়ানদবা হায়বা অত্থুদি ময়েক্লা তারবনি।

পাক্কা— নিংথৌগী সনা য়াথং ইন্দ্রবদি রাজবিদ্রোহী নত্রিবরা? নিংথৌ শেম্বগী মরালদা দণ্ড ফংদনবগী মরম লৈব্রা?

টিকেন্দ্র—করম্বা রায়েলগী মত্তুং ইন্না দণ্ড ফংগদোরিবনো? লৈবাক প্রজাগী মাংনবা তৌশি য়াদে হায়বগীদমক্তরা। চেকশিল্লু

পাক্কাসনা মাসি নহাক্কুম্বা অঙাংগী চোইরোল লোনফম নত্তে, মণিপুর সনা লৈবাক্কী রাজদরবারনি।

পাক্কা— অত্থুদি নিংথৌগী সনায়াথং ইন্দ্রবনিনা ময়াম অমত্তা চৎ-পীবা য়াদ্রে, মহারাজগী বন্দীনি। কনা লৈ? (সিপাহি অমা চংলকই) ময়াম অসি মহারাজগী বন্দীনি কৈশুমশং তান্না পুগদবনি।

থাঙাল—চহিগী য়েংদ্রবস্মু ফমগী মার্য্যাদা খরদি য়েংবা কৈ পাক্কাসনা।

গিরিধারী—কনাগী য়াথংনা ঐখোয়বু বন্দী ওইহল্লিবনো, করম্বা ইরালদগীনো?

পাক্কা— শ্রীযুৎ সনা য়াথং, নিংথৌশেম্বগী মরাল।

ময়াম— শ্রীযুৎ সনায়াথং লৈবিরবরা?

সুরচন্দ্র—ইপুথোইনাচিংবা ইনাওশিং পুম্নমক। লৈবাক নিংথৌগী স্বার্থদা শোকচিল্লক্লবদি মতু ঙাক্কবা য়াদবা মতাং মরক মরক্তা য়াওরকই, ঙসিদি মাহুমক লৈদ্রবস্মু মতুংদদি লৈরকপা য়াই অত্থুনা খরা খরা চেকশিনবীবা কৈ।

(সুরচন্দ্র মহারাজ লেংখ্রে; থাঙাল টিকেন্দ্রজিৎ নত্তনা পুম্নমক খোংগল ভোংখ্রে; মখোই অনি মশা মশাবু কাওবা মথৈ থাখল তৌনক্করগা মিৎচানত্থনা হৌনা নোকলকই, মীনোক অত্থুগা লোইননা ফম্বাক অত্থু মমশিনখ্রে)।

---

## ২শুবা ঊৎপা।

### সুমিদাংরোইরম

(হাপ্পা বাঙ্গলা মনাক্তী লয়ীনি—রসিকলালকুণ্ডু মিসেস্ গ্রিনউডকা লোয়ননা যাংগী শাড়না চৎলি)

মিসেস্—মিষ্টর কুণ্ডু! নং মণিপুরীশিং করম্বনি খল্লে।

রসিক—মখোই চাওখৎত্রে মেম, য়াম্না পংলে, শিক্ষা লৈত্রে, মরম অসি—, লৈবাক ঙাকপা হৈত্রে।

মিসেস্—লৈবাক ঙাকপগী রা ঐ হায়দ্রে, ঐ হায়রে, মখোইগী সমাজগী রা।

রসিক—হুপী মনিংতম্না থাদোক্লে, য়াম্না ফত্রে।

মিসেস্—ঐ হংলে অমা খুমলে, Social life করম ওইরে ঐনা হংলে?

রসিক—ও Social life, মখোইগী Social life ফত্রে, অপংবা জাৎনি থবক শুনিংদ্রে লায়ররে!

মিসেস্—No, No! your conception is wrong মণিপুরীশুম্বা Nation India দা তাংলে neat and clean লৈরে luxury লৈত্রে; Beggar অমসু street তা লৈত্রে; What they have got পেল্লে, look মণিপুরীশিং কনাদা depend তৌদ্রে, I like this nation.

রসিক—য়াম্না চুম্লে মিসেস্, হিরম অদুদি মণিপুরীশিং য়াম্না ফজরে।

(মিৎখু অমসুং মাইমু মাইকৈ অদোমদা লাকলম্বী)

মাই—( মিসেস্ গ্রিমউডপু উদুনা ) মেম সাহেব সলাম !

মিংথু—মেম সাহেব সলাম !

মিসেস্—য়েস্ সেলাম ! নখোই করি ওইরে ?

মিংথু—মাইমু ! করি হায়রিবনো ?

মাইমু—থংঙে, ঐ ঙাংনগে, মেম সাহেব ঐখোই মীনি ।

মিসেস্—ঐ থংলে, নখোই কদাই ওইরে, কনা লৈরে ?

মাইমু—মিংথু ঐ থংদ্রে, নং অমুক্তং হায়নগেরা ?

মিংথু—লাইবক য়েংগে, মেম সাহেব ঐ নংগী নমাংদা লেপ্লি ।

মিসেস্—ঐ হায়রে নখোই Palace ময়াদা লৈরে, কনাগীদা—?

মিংথু—হিঃ মাইমু মরোল অমা য়াওরেনহাই, কমদৌনি ?

মাইমু—কনা কৌক্নসিগে ?—এ ময়াং বাবু মেম সাহেবনা হায়রিবসি করিনো ?

রসিক—নখোই কোন্থংগী ময়াদা চংতুনা চংতুনা লৈরে কনাগীদা লৈরে হংলিবা !

মিংথু—এ ঐ থংলে, মেম সাহেব ঐনা থাঙ্গাল মেঙ্গরগীদা, মানা—,

মাইমু—কোইরেং সেনাপতিগীদা !

মিসেস্—য়েস—হায়রো !

মাইমু }
মিংথু } —য়িস্—য়িস্—,

মিসেস্—You shut up ! নখোই ঐদা ফাগী পীরে ঐ কনা ওইরে থংঙে, মরোল লোল্লো !

মিংথু—থংঙে থংঙে, হা মাইমু !

মাইমু—ঐসু থংঙে—

মিসেস্—লোল্লো মরোল।

মিংখু—মরোল লোল্লু হায়রি, লোল্লগেদো ?

মাইমু—অত্থ মঙাইরে লোল্লো !

মিংখু—শুন শুন হে ললিতা—( অমুক লোল্লু হায়না মাইমুনা ইঙ্গিৎ তৌবা )

মাইমু—আজ নিশি অত্র গুঙ্গায়মু ! ( পুম্নমক নোকপা )

মিসেস্—য়াম্না নুংঙাইরে, They are humorous !

রসিক—য়েস্ মেম। ( মিসেস্ গ্রিমউডনা ব্যেগতগী শেল লৌথোক্লুনা মখোই অনিদ পীবা )

মিংখু } —থাদবীয়ু মেম সাহেপ। ( মখুৎ য়াবা ) পুন্সিয়ু, পুন্সিয়ু !
মাইমু } সলাম।

মিসেস্—য়েস্ সেলাম ! Come on কুণ্ডু ! ( অনিমক চংখি )

মিংখু— মেম সাহেবসি মবুক ফখরেদা !

মাইমু—ঙসিদি য়াম্না মবুক ফরম্মে। ( লাপুক থাঙ্গাল লাকই )

থাঙ্গাল—মিংখু !

মাইমু—মেঙ্গরনি—, ঐ চংলগে। ( মায়োকৃবা, চংপা নংহৌদঙ্গনা থুরুম্বা )

মিংখু—অজ্ঞা।

থাঙ্গাল—কনানো—? এ মাইমু—, চংলু চংলু !

মাইমু—অজ্ঞা ! ( মাইমু চংখিবা )

থাঙ্গাল— কনা কনানো চংখ্রিবা অসে ?

মিংখু—এজেন্ট সাহেবকী মেমগা কুণ্ডু কেরানীগনি।

থাঙ্গাল—উম্, খঙবরা ইবো, নংগী এজেন্ট সাহেবকী কেরানী

রসিকলাল কুণ্ডু হায়বা অসিনা সাহেবতা অমা হায়জিন নিংথৌদা অমা হায়জিন তৌহনা লৈবাক অসি মথক মথা ওল্লবনি, মথোইনা পানগ্রেনহায় লৈবাক অসে ; ঐথোইগী মহারাজ সুরচন্দ্র অসিবু অসুম তৌরম্ব্রাও—, থাঙ্গাল ঐতনবু হায়রবদি লোইরে লৈরম্বনি, মানা খাবৈ-খরা শাবদগী হৌজিক্তি রা অমত্তা নে-তানা ঙাংনবা য়াদ্রেদনা !

মিৎথু—মথোইশিং অসি য়ৈরশি, ঐ হেক্তা ফুগাইজগে।

থাঙ্গাল—ঙাইথো ইবো মতম রাৎলি, পংফু ফুবা য়াদ্রি !

মিৎথু—পাক্কাসনানদি মানা ফুনিংবা মথৈ কৌথৎ কৌথত্তুনা পংফুদা ফুরি অহুগা ঐথোয়না ফুবদি করিগী য়ারোইদৌরিবা ?

থাঙ্গাল—ময়াম্বুং সুরচন্দ্র মহারাজনা চাল্লি হায়হুনা মনিং-মথা তমজবা শারিবনি, কুম্মৈদা য়েংথো ইবো, মতম খজিক্তা মঙাইরে, ধর্ম্ম লৈতবা পুকচেল শেংদবা মীনা মতম কয়া কুইবা য়াবগে হায়বহু উরগনি। ( মী ফুবগী, চৈনাখোল খাংবগী মখোল তারকই ) হায় ইবো। কনানো, করিনো ? কদাই-দনো য়েংঙু হায় !

মিৎথু—( য়েংনুরগা চেনশিনক্তুনা )—পাক্কাসনাগীদনি—, এ,সোমদা পুরক্লে, য়েংবীয়ু ময়াং সিপাই অনিন য়ৈ য়ৈহুনা নিপা অনি-খক পুরক্লি ! এঃ, এঃ, য়েংবা ঙমদ্রে ময়াংশিং অসি অমুক্তা য়ৈরুখিগে। ( চৎকে তৌই )

থাঙ্গাল—( খামহুনা ) ঙাইথো ইবো, সোমদা পুরক্লে মরম হংখিশি। ( খাঙালগী খাং অহু মিৎথুবু পায়হল্লি )

মিংথু—মরম কোম্না হংসি অজ্জা, অমুক্তা হান্না ফাজরুখিগে।

( ময়াং সিপাহী অনিনা মকোক কায়রবা অমুবা অমসুং চাওতলবু ইন্দুনা পুরকপনা থাঙ্গালনা ময়াং য়োয়কপদা নিপা অনি অদু তুথখ্রে )

থাঙ্গাল—ভাইখো, হায় ময়াং মচাশা! মীবু ঈহং-নাইহং তাবমথৈ য়েংহনা লম্বীদা পুরিবা অসি য়াত্রা ?

অমুবা—( থাঙ্গালগী মখোং কোন্দুনা ) ননাই ঐগী থরাইতদি কনবীয়ু ( মিংথুনা কোনখৎতুনা ঈ-নাই তৈথোকপীরি চাওতলদি বা ভাংবা ভমখিদ্রে, তুথখ্রে )

থাঙ্গাল - হায়য়ুনহাই সিপাই মচাশা, মখোই অসি করিগী অসুক শাথিনা য়েরিবনো ?

সিপাহী—হুকুম পীরে, মনাও ইবুংঙো হায়রে, ঐখোয় য়েরে, ঔর ক্যাজী ?

থাঙ্গাল—( অমুবদা ) তারিব্রা ইপা নখোই করি তৌরুরে ?

অমুবা—ননাই ঐখোই পাংদ্রবা অথাপ্পা লমদা পোকচবনি, নিংথৌ শেম্বা য়াওই লৈবাক হরাং হৌহল্লি হায়তুনা মনাও ইবুংঙো পাক্কাসনানা ফাতুনা কোন্নুংদা পুখৎপীরগা চৈশিং কক্তুনা ননাই ঐখোইবু য়েরিবনি, ননাই ঐখোই অনিতা নত্রি, ঐখোইশুম্বা পাংদ্রবা প্রজা কয়া তৌজিকসু য়েহৌরি; ননাই ঐখোই অনিবুদি কৈশুমশংদা থম্মু হায়না থারক্লিবনি।

থাঙ্গাল—নখোই করি লমগী প্রজানো ?

অমুবা—ননাই ঐখোই ময়াং ইম্ফালদগীনি।

থাঙ্গাল—ময়াং ইম্ফাল! কনাগী মনাই—?

অমুবা—ননাই ঐখোই সেনাপতিগী·········

থাঙ্গাল—সেনাপতি কোইরেংগী মনাই।

অমুবা—অজ্ঞা!

থাঙ্গাল—ইয়া মৈতৈ মচাশিং অসি চাওমল্লিদা করিনো! কোইরেং সেনাপতিগী মনাইনা করিদা করম লাল হৌরভুনা অস্থক শাথিনা ফুরিবনো? লাও সেনাপতিগীদা চৎশি।

সিপাহী—নিপা অসি বন্দী ওইরে, নমক হারামনি—, পুবা য়াদ্রে।

থাঙ্গাল—ইয়া সিপাই মচা ঐ অসি কনানো খংব্রা?

সিপাহী—মাপ কিজিয়েগা মেজর সাহব। পহলে পাক্কাসনাকা হুকুম মান্নাহী পড়েগা?

থাঙ্গাল—অতুদি নংগী নবুংঙো অতুদা হায়জরু চৎলু বন্দীশিং অতু থাঙ্গালনা লম্বীদগী মুল্হৌরে মথৌনা লৈরগা মুল্লোয়াও হায়না!

পাক্কা—(লাপ্পা লাওরকই) পাক্কাসনানা মুনবদা থিঙ্গদবা মীদি মণিপুর সনা লৈবাক্তা কনা পোকলি?

থাঙ্গাল—ননাই নপু থাঙ্গালদি কনা কুইরেনা পোকখিবা!

পাক্কা—খর চেকশিনবা ফৈ মেঞ্জর, মখোই অসি নিংথৌ শেম্বনি।

থাঙ্গাল—মাতুগী প্রমাণ?

পাক্কা—প্রমাণ পাম্বীরবদি রায়েল চৈরাক তম্ফম শংদা।

থাঙ্গাল—অসিগুম্বসি রায়েল থৌদাবগী মপুবু শগোল হঞ্জবনা ওইবিরিবরা?

পাকা—ইয়াম্বা অহলনা নিংথৌ ওইরি হায়বদি খংবীদ্রা?

থাঙ্গাল—শগোল হঞ্জবা পাক্কানা পাল্লিবোইরে।

পাক্কা—খংবিদ্রি ? ময়াম্বুং সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ফম্বাল-দাং মনাও পাক্কাসনানা থৌগল-ফং মণিপুর সনা লৈবাক্তা হুমিৎ থাগুম পাল্লি হায়বসে।

থাঙ্গাল—নবুধৌ গম্ভীরসিংহ মহারাজ সনা হাকতক্তগী লৈরকপনিনা অনৌবা লৈবাক রায়েললোল থৌগললোল খংদবননি রারৌগনু ; হায় মিৎখু করি য়েংলি, নিপা অনি অসি পুরকউ লাও—, মৈতৈ মচাশিং অসি খংদবা শাই।

(মিৎখুনা চাওভলবু পোত্নুনা পুনবা থৌরাং তৌবা, পাক্কাসনানা সিপাহীদগী থাং শৎতুনা)

পাক্কা—হায় মীনাই মতোয়নরা নং ?

(খোনকম অসি তাবদা মিৎখুসু থাং শৎলি—থাঙ্গাল হন্না য়েংলকপদা মিৎখুনা থাং শৎপা উত্নুনা)

থাঙ্গাল—ইয়া মিৎখু ! করিনো নংনা তৌরিবত্নু ? থৌগললোল খংদবা হায়ববু—থাং হঞ্জিল্লু—, মচোংপাক নাইদবা শারদনা।—অত্নুবু হুংঙাইহায়—ঐগী মীনি হায়বদা চোপ্তে। নং হন্দোকউ, মনাও ইবুংঙোসে থৌগললোল তম্বীগে ইপা।

(থাঙ্গাল মিৎখুদগী থাং শৎতুনা পাক্কা, থাঙ্গাল চীংনত্নুনা লৈরে—টিকেন্দ্রজিৎ মত্নু উত্নুনা লাওরকই)

টিকেন্দ্র—ইপু মেঞ্জর নত্রা ? (মকমত্নু য়ৌরক্তুনা ময়াইদা লেপ্লগা) পাক্কা করি থৌগললোলনো ? থাং হঞ্জিল্লু—নিপা অসি কনানো খংব্রা ? (থাঙ্গালনা থাং অত্নু মিৎখুদা পীখ্রে)

পাক্কা—ঐনদি খংই, ঐবুদি খংদমাল্লে।

টিকেন্দ্র—ইয়া, নংনা নচিন-ননাও নচা-ননাইদা পংঙাং-ঙাং পংশক-

শকপন্থ ইপুদসু তম্মীবরা ? ইনাওগী থৌগললোল অসিদি লপ্তা-কৎলেদনা, চৎলো চৎলো নংনা পংঙাং ঙাংবা য়াবা মীওং নত্তে; ম্লেছ মীরৈবাক মচা খরা সঙ্গ তৌরগা ইনাওদি পংগ্লাং ব্লাংঙ্‌রবোইরে, তানি তানি চেকশিল্লু! চৎলো।

পাক্কা—রাজবন্দীশিংবু পুদনদি চৎচরোই। (সিপাহীদা থাং পীখি)

টিকেন্দ্র—কনা কনা ?

থাঙ্গাল—ননাই অনি অসিনি, ময়াং ইম্ফালগী ইবুংঙোগী ননাই মক্তনি। (নিপাশিং অহু মুন্না য়েংলগা)

টিকেন্দ্র—অমুবা! করিনো নংনা তৌরিবা অসি ?

অমুবা—অজ্ঞা! নিংথৌ শেম্বা য়াওই হায়হুনা ননাই ঐখোইবু য়ৈবনা থরাইদা খাকপীরে!

টিকেন্দ্র—কনানা ?

অমুবা—ননাও ইবুংঙো পাক্কাসনানা, ননাই ঐখোই অনিতসু নম্রি ময়াং ইম্ফালদা লৈবা অমদি লৈরম্বা স্নাখ্বা সেনাপতিগী ননাইশিং, সেবক পুন্নমক শুরে।

টিকেন্দ্র—মখোই অতৈদি ?

অমুবা—ননাও ইবুংঙোগীদা!

টিকেন্দ্র—(পাক্কাদা মুন্না য়েংলগা) পাক্কাসনা নংনা ঐবু শীংলিবা অসি কয়ারক্তি শুরে ?

পাক্কা—ঐদি য়াম্মুংবু শীংনজদে—শ্রীযুৎকী সনায়াথং ইঙ্গবতনি।

টিকেন্দ্র—আ—শ্রীযুৎ সনায়াথং! ঙসিদি সনায়াথংনি, নত্তে হায়বহু খংনবা তারি ? হায় সিপাহী;

সিপাহী—জী হুজুর!

টিকেন্দ্র—পকড়লো উনকো! পকড়লো! বেইমান্ মানৃতা নহী ?

( মখোং থিনবা, সিপাহী চংশনবা )

পাকা—ঠের! রায়েলশং য়োদনা ঐবু ফাবা দণ্ডপীবা কনাগীসু মতিক নত্তে।

টিকেন্দ্র—ইয়া পাকাসনা ( বামন চরণ চেনশিনরক্লুনা মর়াইদা লেপ্লে )

বামন—ও সেনাপতি! মহারাজকুমার পাকা! আপনারা কি কর'ছেন ? লম্বীদা ফৎত্রে—লেং'সি!

টিকেন্দ্র—আপ হাটাইয়ে, বিচ্‌মে মত্‌ আইয়ে।

বামন—রারম 'পূম্বা ঐ থংলে, পাকাসনার কোন দোষ নাই, মহারাজার আর এজেন্ট সাহেবের হুকুম ইল্লে!

টিকেন্দ্র—মুখর্জ্জি সাহব ঐ খংই, লৈবাক ইরাং হৌনবা প্রজাদা ওৎ-নৈবগী সনায়াথং শ্রীযুৎনা কনাদসু পীরমলোই, চৎ-থোকউ ঐ ঠিক তৌগে।

বামন—একটা কথা শুনুন্।

ঠিকেন্দ্র—কান্নরোই হন্দোকউ! ( পাকাদা ) থাং পায়যু—থাং পায়যু পাকাসনা! ( টিকেন্দ্রজিৎ মিংথুদগী থাং অহু শৎলি। পাকা-সনাসু সিপাহীদগী থাং শৎলি মতম অসিদা মাইপাকপীনা মাং থারহুনা চাওরাইমা চেল্লকই অরাপ্পদগী লাওরকই )

মাইপাকপী—পাজি পাজি—, নচাহুপীবু অমুক্তা ঙাইরমখোনে পাজি! ( মকম অহু মৈরক্লে—উতুপ তাবগুম ভাবিবা মপা চাওভলবু কোনশৎতুনা মুম্না য়েংলগা ) পাজি! পাজি! নং ঐবু থাদোক্তুনা চৎলগেরা! য়ারোই, য়ারোই ঐবু থাদোক্তু-না চৎপা য়ারোই। ( মপাবু কোন্দুনা নোংখোংবগুম কপ্লে)

অসিনিকো লৈবাক নিংথৌগী অচুম্বা রায়েল ! অসিনিকো শ্রীগোবিন্দনা ঙাক্লিবা লৈবাক্তা অঙম্বশিংগী ধর্ম্ম বিচার ।

চাওয়াইমা—ইবেম্মা মাইপাকপী তুমিন লৈয়ু করিনো ?

মাইপাকপী—করিগী তুমিন লৈরুগনি তাদ, আঃ ঐনা নিপা ওইনা পোকচরম্লবদি হৌজিকমক অঙম্বশিংগা লানুবা তৌরম-গদবনি ! আঃ ইপা ইবুংঙো নমোমদি লাইবক থীরেদকো অপোকপা ! (থাঙাল শিব্বাং ঈরা চেন্দুনা রেংলি )

বামন—লেংসি পাক্কাসনাজী লেংসি ! ( পাক্কা, বামন, সিপাহী চংখ্রে )

টিকেন্দ্র—'সুম্না কয়া কুইনা থাংথিগদগে ইপু !

থাঙ্গাল—মতম থজিক্তা মঙাইরে ।

( চাওভল জান ভারকই, মচানুপীবু উহুনা )

চাওভল—ঘু-পী ম-চা -, মা-ই-পা-ক-পী !

মাইপাকপী—পাজি !

চাওভল—নং-লৈ-হৌ-রে, ল-ম্ম-ল শিং-ল-ক-উ-কো !

( মপাগী ঈনা মচাগী মরায়বক্তা নম্বীরম্রে – শিখ্রে )

মাইপাকপী—( অকাইবা খোম্থাংদা ) পাজি ! পাজি !!

( খোনকম অসি খোম্থাং বৈনা চংখ্রে অদুগা লোইননা, কবাক অদুম্মু মমখ্রে )



# তশুবা উৎপা।

## অথেংবা অহিং

( লজাই মাঙ্গোল প্রেমময়ী মহারাণী মাইপাকপীনা থোগল তৌরহুনা লেংশিল্লকই )

প্রেমময়ী—ইবেম্মা মাইপাকপী, ইমানা নংবু সনা কোম্নুংদা থম্বদি অতৈগী নত্তে, নহাকথক্কী কার্ত্তাবংশ অসি ফু-কায়নদবা তারে। ঐ খংই, লৈবাক্কী চুমদবা রায়েলদগী নংবু পোকপা অহু লৈখিদরে, ইনাও মুপা কোইরেংনা শ্রাদ্ধ শোনখি, ঐনা নংঙোন্দা হায়বা পুম্নমক নূংদা ঈশিং চাইবনি। অহুম অহুম ওইনমক, নিংথৌ শাগেগী ওইনা অমদি লৈবাক্কী ওইনস্থ ইমানা নংঙোন্দা হায়জরিবনি, নহাক ইমানা হায়বসি য়াওনে।

মাইপাকপী—অজ্ঞা! করিস্থ লৈত্রবী ননাই, খুৎনাইবা অমগী মচাম্নপীদা তাকপিরিবা সনা য়াথং অহু হেনমনগ্রে, অমরোমদা খল্লুরবদি ননাই ঐঙোন্দদি সনা য়াথং অহু স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবগুম্বনি, অসিদগী হেন্না লাইবক ফববু কদাইদা অমুক লৈরমখিগদগে। অহুবু ননাই ঐনা সনা চরণদা করি হায়না হঙ্গৎচগনি, সনাথ্যা ইবেম্মগী সনা পুক্নিংদা ভাব তাবিরমগনি, মুপী ওইবীগী পুক্নিং হায়বা অসিদি লিক্নিগুম্বনি। মরাইবক থীরবা ইপা অহুগী দমক্তা ননাই ঐগী কায়থ্রবা থম্মোই অসি অমুক তাইশিনবা য়াগনি

ভায়বা নিংজম্রে। মপোক অসিমদি ননাই ঐ যুমপানবগী রাখল ... ... ... !

প্রেমময়ী—ঙাইখো ঙাইখো মহু হেক হায়খিগনু—নোংমা নিনি অসি অহুক খনখো। ইমানা নংবু ইচানুপীদগী হেন্না অওং-অউন্ তমহুনা থাজ য়োঞ্জগনি। হৌপ্রবা রাশিং অহু অমুক খল্লুরগনু, ইমানা হায়বা ইল্লু।

মাইপাকপী—ননাই ঐনা সনা চরণদা হঙ্গৎচরিবা অসি—;

প্রেমময়ী—তৌগনু নুপীমচা, ইমানা হায়রিবা অসি অমুক্তদি ইল্লু। চুম্মী, নংনা নংবু পোকপা অহুগী দমক্তা থম্মোই কায়খ্রে হায়বহু অহুবু তাইবংপানবা অসিদা কনানা কয়া কুইনা হিংহুনা লৈবগে, শিগদবা মক্তনি, অহুক অকোন অহান খায়বতনি। ফরে, ঙসি নোংমা-নিনি অসি খনখো। ইমা পোথানিংদে চৎলো নংসু তুমজরুরো।

মাইপাকপী—অজ্ঞা! (খুরমুগা মাইপাকপী চৎখি, মহারাণী লঙ্গাই মন্নুংদা লেংশিনখি পাক্কাসনা থোরকই মাইপাকপীনা চৎখিবা মাইকৈ অহু য়েংহুনা লৈহৌই—সঙ্গাইগী চেপকম কাদগী সুরচন্দ্র লেংথোরকই)

সুরচন্দ্র—বিষ্ণু! বিষ্ণু! ওস্থোকপা মংনিদা! (মী লৈবা উহুনা) কনানো?

পাক্কা—ননাই পাক্কানি অজ্ঞা।

সুরচন্দ্র—নং হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিবরা?

পাক্কা—ননাই ঐ—;

সুরচন্দ্র—তুমিং'সি কয়া থেংখ্রে?

পাক্কা—নোংয়াই য়ৈরক্লগনি অজ্ঞা।

সুরচন্দ্র—ইস্, ইয়াম্বা ঙসিদি তুংঙাইখিদ্রবা মং অমা মংই, সঙ্গাই অচৌবা ওইনা তৌই, পাবুং সনাখ্যানা খুদাদা লেংশিন্দুনা লৈ, ঐবু কৌশিল্লগা য়াম্না থিনা চৈরম্মী! (নোংমৈ কাপ্পী অমসুং এলার্ম খোংই) হিঃ করিগী নোংমৈনো? হৌজিক খোংখিবা বেঙ্গুল অদু এলার্ম নত্রা?

পাক্কা- মানি অজ্ঞা, ননাই ঐনা ঙরাং হঙ্গৎচবদু শোয়দ্রে!

সুরচন্দ্র—ঐগী ইনাও কুল্লনবু! হুম্ ঐ থাজদে! চৎলু, নং অসি-রাইফাও থোক্তুনা অমুক্তা য়েংলু! (পাক্কা চৎখি প্রেমময়ী লেংশিল্লকই) মহারাণী! হৌজিক্কী মখোলশিংদু তাদ্রা?

প্রেমময়ী--ননাই ঐসু তাদুনা হৌগৎচরক্লিবনি। শোয়দ্রে ইকাই-নাইদবগী কাংবু অদু ওইবা তারে।

সুরচন্দ্র—কনা?

প্রেমময়ী- কোইরেংখোই নত্তনা কনাবু ওইগদগে অজ্ঞা! (নোংমৈ হন্না হন্না কাপলকই)

সুরচন্দ্র—মখোইনা লাল হৌরবা! ঙসি অহিং ঐগী মংদসু পাবুং সনাখ্যানা 'নিংথৌ খুভম থাদোক্লো নংদি পাংদ্রবা অয়ম্বনি, সিংহাসনগী মগুণ ঙাকপা ঙম্বা নিংথৌ নত্তে' হায়দুনা চৈরম্মী, য়াম্না ফরে মখোইবু ওইরম্নবদি! (পাক্কা চংলকই)

পাক্কা—অরাং থোং নত্তনা য়েক্লবনা মাইকৈ পুম্নমক কোয়খ্রে অজ্ঞা!

সুরচন্দ্র- য়েক্লবা কনা?

পাক্কা—য়াম্বুং কুলচন্দ্রগী মচিন মনাওশিংনি অজ্ঞা।

সুরচন্দ্র—শোইদ্রবা রারা?

পাক্কা— অজ্ঞা ! ঐখোইগী লান্মী পুন্নমক খুৎশু-খুৎলাইগা লোয়ননা অরাং থোংদা সনা য়াথংতা ভাইহনা লৈহৌরি, সনা য়াথং পীনবিরো অজ্ঞা !

সুরচন্দ্র—মহারাণী ! চৎলো, নশা শেংদোক্তুনা হি-য়াই 'পুম্বা লোথোকলু ! ( মহারাণী চংখি )

পাক্কা—তাকপিরিবা সনায়াথং অত্থবু করিনো ?

সুরচন্দ্র—পাবুং-খ্বাগী আত্মানা খাংবা ভমদ্রহনা ঐভোন্দা মংফাওন-বীরম্লে, ইপা ইবুংঙো ভসি ফাওবদা নচানা পাবুং-খ্বাগী লমজিং তুংইঙ্গবা নত্তনা করিগুম্বা অকায়বা অমত্তা চৎচন্দ্রি, মতমচুপ্পদা লৈবাক প্রজাগী য়াইফনবতা খঞ্জরিবনি ; ইপা ইবুংঙো ! নংনা শিন্নবিরম্বা লৈবাক সিংহাসন অওইবমক ননাই ঐগী ইতিক চাদ্রে, লোবিরো অমুক সনা চরণদা হন্দোকচরবনি !

পাক্কা—সনায়াথং অত্থবু—অজ্ঞা ?

সুরচন্দ্র—পাক্কা ! ইচিন ইনাও ঐখোইগী মতম লোইরে !

পাক্কা— মী, খুৎশু খুৎলাই অমত্তসু রাৎতনা অয়ম্বা অমগুম্মা ইরাই লায়না সিংহাসন থাদোকদৌরিবা ! ভমজরোই, সনায়াথং অত্থ হঙ্গিনবীয় ! ( চৎকে ভোবা )

সুরচন্দ্র—( থামহনা ) পাক্কা ! ফিংগৎকনু ইবুংঙো ! করিসু লৈত্রবা শিবদা পুবসু য়াররোইদবা সিংহাসন অসিগীদমক্তা ইচিল ইনাও ঐখোই ঈ-তানহনা করি কান্নগনি ?

পাক্কা— মখোইনদি ময়াম্বনি হায়বা খন্দ্রগা ঐখোইনা করম্মা খনগদৌরিবনো ? মখোইনা অঙম অথৌ, প্রজা মীচং

য়ামৃই হায়না চাওখোক্লবসু ঐখোইগীসু করি য়াৎকনি, ঐখোয়গী খুত্তা রাজদণ্ড লৈরি; মসিদা পাংত্রবা থৌনা লৈত্রবা অমগুম নোংমৈ অমুক-অনিরক্তং কাপ্লগা সিংহাসন থাদোক্তুনা চেনবা অসি ঐদি ঙমজরোই, থরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা লাল শোয়্রক্লমখিগনি, ঙমদবা থোক্লে মাই ওন্দনা লানফমদা থরাই থাগনি।

সুরচন্দ্র—ইয়াম্বনা হায়বা ইল্লুনে পাক্কা নংঙোন্দগী ইয়াম্বনা নুমিৎ-থা-উবা হাল্লি; মখোইনা নুংঙাইত্রিবা মখোইনা পাম্লিবা থৌরম-থৌওং ইয়াম্বা য়াম্না মুন্না খংই, লৌজহৌরসনু মণি-পুরগী রাজ-সিংহাসন অসে। (নোংমৈ গুলি সঙ্গাই মাঙ্গোল য়ৌরকই)

পাক্কা— সনায়াথং অতুম তাকপীগনু লান শোক্লনবা সনায়াথংতুম পীনবীরো অজ্ঞা!

সুরচন্দ্র—ইয়াম্বগী রা তাখোনে পাক্কা! ঐ খংলে, অংগ্রেজ্জগা ঐগা লৈনবা মরী অসি মখোইনা পামদ্রে অনৌবা মওংদা শেম-নিংলে, ইয়াম্বদি হায়নখ্রবা য়ানখ্রবা রাফমনিনা হোংদোকপা ঙমদ্রে, মখোইনা পাম্বা য়ানবা মওং অমদা শীলহৌরসনু মাতুনা লৈবাক্কী জাতিগী য়াইফবা অমা ওইহৌরসনু!

পাক্কা— আ—, ঈ মরিক অমা ফাওবা তাদনা ইরা রাদনা লৈবাক, নিংথৌ খুভম মূলহৌরগদবা!

সুরচন্দ্র—পংইদকো পাক্কা! নিংথৌ ওইবা নুংঙাইবা থবক নত্তে, লৌজহৌরসনু সিংহাসন অসে—, নুংনাংবা করি অমত্তা তৌগনু। (মহারাণী নেংথোরকই)

পাকা—য়াম্বুং টিকেন্দ্রজিৎকী মমাংদা অসুক চোপ্না ছিংগদবগী শক্তক ননাই ঐদি······ !

সুরচন্দ্র—ইনাওসিদি মতম লাকখিগনি, ঐখোইতা কায়গুমশি ; মহারাণি, হি-য়াই পুরমক গুরবয়া ?

প্রেমময়ী—গুরে অজা ! ( নোংবৈ মরু মরা ভাগে, বিউগল খোংলক্লে, "জয় কুলচন্দ মহারাজগী জয়" লাওবা তারকলে )

পাকা—( মখিংতা ঈয়া চেন্দুনা ) আঃ টিকেন্দ্রজিৎ ! ঐ অসি ইয়াম্বগী রাশক থৌরিনা পুনগ্রবগী তৌবনিকো নত্রবদি—

সুরচন্দ্র—লাওনে পাকা ! ইয়াম্বনা হায়বা ইল্লুনে ! লাকও চংসি লাকও ( পাকাবু পুডুনা মহরাজ মহারাণী লেংখ্রে অতোপ্পা নাকল অমদগী টিকেন্দ্রজিৎ সিপাহী থরগা লোয়ননা চংলকই )

টিকেন্দ্র—( সিপাহিশিংদা ) নখোই চংলো, সঙ্গাই অসিগী অকোই-বদা চেকশিন্না ভাকউ, অতোপ্পা মীয়ানু অমতা চংহনগনু । ( সিপাহীশিং অদু থোকখ্রে ; মাইপাকপী চংলকই ) কনানো ? মাইপাকপী নৎত্রা ?

মাইপাকপী—( চৌংলেয়া ) ননাই ঐনি ।

টিকেন্দ্র—কদাইদা চংকদোরিবনো অসুক ওয়া ? মী-পোং অমতসু হৌনত্রি— ।

মাইপাকপী—ননাই ঐ—য়ুমদনি ।

টিকেন্দ্র—নহালমথৈ কোত্নুংদা লৈরম্লগা ওসিদা য়ুমদা চংকদোরি-বদি করিগীনো ?—মহারাণী চংখ্রে হায়ত্নুনা তৌত্রা ? অদু ওইরবসু মহারাণী অমদি লৈগনি ।

মাইপাকপা—ননাই ঐ মহারাণীগী থৌগলগীদমক্তা লৈজবা নৎচদে

টিকেন্দ্র—অদুদি— ?

ম্যাইপাকপী—ননাই ইপাগী দুংশিবা চাং য়েংজগে হায়দুনা লৈজবনি।

টিকেন্দ্র—য়েংলব্রা ?

মাইপাকপী—ঈশ্বরনা থুদোংচাবদু পীনবীব্রে।

টিকেন্দ্র—ইপাদবু দুংশিব্রা, ইমাবুদি দুংশিব্রা ? য়েংও,—কনেক খোংদাই শেৎতুনা লুকমাই কোকথোংনরিবী মপারী-মমোম নাওকোনবদা কাংদোং কানবা য়োকপদা মমায়বা মীয়ক ভিগ্নবী, মীগী শাইগং-শায়াদা শাইদাংবী ইমাগী অরাবদি উব্রবরা ?

মাইপাকপী—অনকপা মৈশানা কনমন্‌খিবনা পলেমগী মৈশা ফংজ-রুদ্রে ননাই ঐ।

টিকেন্দ্র—ইমা ইপা অমত্তনি, ইমাগী লম্মল শিংবসু ইপাগী লম্মল শিংবনি,—লাও চৎখিগনু।

মাইপাকপী—মপাম্থোংদা উবা থম্মোই মশক খংদবা মীওইবনি, ফিদম্নকম ওইরবা সনাকোন্নুংদা মীনোক মৈশা লাংহজ-নিংব্রে—, ননাই ঐ চংজয়রোই।

টিকেন্দ্র—অদুনা চুম্বরা ?

মাইপাকপী—অজা! (খুৎলী)

টিকেন্দ্র—করম্বা মতমদা অমুক উগনি ?

মাইপাকপী—সনায়াথং মতুংইন্না ইমাগী লম্মলশিংনবা থরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনবনা পুন্সিগী ব্রত ওইজরে, পম্মুং-কম য়োবা মুমিৎতা সনানাক্তা লাকচগে।

টিকেন্দ্র—ফরে অতুদি চৎলো। (মাইপাকপী চৎখ্রে, টিকেন্দ্র য়েংহুনা লৈহৌই, থাঙ্গাল ফিংনা চংলকই)

টিকেন্দ্র—ইপু! য়াম্নুংদি?

থাঙ্গাল—ননাই ইপুগা থেংনজদে।

টিকেন্দ্র—অতুদি ইপুনা শোয়দনবা মফম অসি শেন্নবীহৌরো ঐ য়াম্নুং সনানাক অমুক্তা য়োৌজরুগে।

থাঙ্গাল—সনায়াথং! (টিকেন্দ্র চৎখ্রে—কুলচন্দ্র যুবরাজ লেংশিল্লকই)

কুলচন্দ্র—ইপু! কনাগী লালনো? শ্রীযুৎ কদোমদা লেংখরে?

থাঙ্গাল—অতৈ অতোপ্পগী লাল নত্তে ইবুংঙো যুবরাজ! ননাও ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎকা ননাই নপুগনা, লৈবাক রায়েল অসি ঐখোয়গী মীনা পায়দবা য়াদ্রহুনা শীঞ্জবনি, শম্না হঙ্গৎ লবদা নয়াম্নুং ইবুংঙো সুরচন্দ্রগী লৈবাক রায়েল অসি লৈবাক প্রজা পুম্নমক, ননাই ঐখোয়সু য়াওনা পাম্নদ্রে।

কুলচন্দ্র- ঐখোইগী মী হায়বদি কনানো ইপু?

থাঙ্গাল—নয়াম্নুং সুরচন্দ্রনা নিংথৌ খুতম থাদোক্লবদি যুবরাজনা লৌবিফম থোক্লেদনা।

কুলচন্দ্র -হিঃ করি রানো ইপু মেঞ্জর। মাহুদি য়াম্না চুমদে। ইপুখোইনা হেন্না থংবিরিবনি, পাবুং সনাখ্যানা থুপ্লমদাইদা য়াম্নুং সুরচন্দ্রদা নিংথৌ খুতম, ঐঙোন্দা যুবরাজ লো হায়না শিন্নরম্বা মতমদা ঐদি যুবরাজ কাওবা ওইজরোই, অচম্বা প্রজা অমা ওইনা লৈজগে হায়হুনা য়াজদবনি; মহুদা ইপুখোই খ্বাই চংহুনা ওইদবা য়াদে ওইমু তাকপীবদগী অহল লম্মলগী মাই য়েংহুনা তঙাই ফদবদগী লৌজবা

যুবরাজ ফমনি,—অদুগবু হৌজিক অমুক ঐডোন্দসু ইতান্ তান্নরমদনা—, করিগীনো ইপু অসুক চাওনা লানবা অসিবো ?

থাঙ্গাল - ইবুংঙো যুবরাজ ! লৈবাক অমা মাঙবা তারবদি খুল অমা, খুল অমা মাঙবা তারবদি ইমুং অম', ইমুং অমা মাঙবা তারবদি মী অমা মাঙহনবা দোষ করি অমত্তা লৈতে, যুবরাজনা হেন্না খংবিরিবা অদুনি ; কনাগীসু মখা পোন্দনা ইনিং ইথা তম্না পাঞ্জরম্বা মণিপুর সনা লৈবাক্তা ঙসি মীরৈবাক মচাশিং অসিনা থৌওই উশিংতবগা লোয়ননা ঐথোইগী ইথক্তা পাল্লরে। য়েংবিয়ুদো, মীরৈবাক মচা ঙাওরে মৈতৈদা শুহৎ মৈতৈ ঙাওরে মৈতৈদা শুহৎপা মীচং-শঙ্গল নাইবা রায়েল-থৌদা মতা অসিনা প্রজাশিং অসি পানবদা য়াম্না রানরে, কপ্পনা নোঙ্গাংদরে ; ঙম্লবদি ইরৈবাক মচাশিং অসিগী পিরাং কংলবা মোমোন নোকপা মীনোক অদু উবা ফংব্রা য়েংশি হায়দুনা ননাই ঐখোইনা শীঞ্জবতনি অদুক-হক্লা লানবদি থোকলোইদৌমাল্লে যুবরাজ।

কুলচন্দ্র - অদুবু ইপু পাবুং সনাখ্যা হাকতক্তা য়ানরম্বা অদুগী মতুংইন্না শীন্নরকপনি ঐখোইনা করি ঙমগদগে ?

থাঙ্গাল—অদুঙৈ জিলাদা য়ানরুবা অদু ননাই ঐ য়াওজরুরিবনি অদুবু য়ানরুবা ঙাংনরুবা পুন্নমক লৈবাক রায়েলদা ঐখোইগী হক ইরৈ লৈতনা মথোইগী মখুৎতা শিন্নবগী ময়ান্ন অদু নত্তে, হৌজিক্তি মথোইনা অসুম হেঞ্জিল্লক্লে ; ঐখোইগী থৌনা ব্রাৎপা লিংজেল মান্নদবতনা মরম ওইদুনা ঙসি

মৈতৈনা মখোইগী মখা থাবা তারক্লি লৈখাদা অসুম কুমথ-রক্লি অত্থনা ননাই ঐখোইনা হঞ্জৎচরিবা অসি য়াবিয়ু নিংথৌ খুভম অসি লৌবিত্থনা জাতি অসি থাক অমতং কাখৎপা য়াব্রা য়েংশিনে যুবরাজ।

কুলচন্দ্র—ইপু! কনা হায়ত্থনসু য়াম্বুং সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরয়োই হায়ত্থনা শিন্নরম্বা নত্তনদি ঐ নিংথৌ খুভম লৌবা ঙমজ-রোই। পাবুং সনাখ্যাগী সনা য়াথং কাওবিরবরা ইপু 'নচিন ননাও ধর্ম্ম কায়নদনা নিংথৌ ওইমিন্নৌ হান্না কায়রকপা নিপা অত্থমা বংসগা লোয়ননা মাঙজু' তাকপিরম্বা অত্থ—;

(ভাঞ্জা অসিদা টিকেন্দ্র চংলকই)

টিকেন্দ্র বংসগা লোয়ননা মাঙবা তারবসু ননাই কোইরেং মাঙজ-খিগে অজ্ঞা, সনা পুক্লিংদা করি অমতা চিংনবিগনু।

কুলচন্দ্র কোইরেং! নাহাক থক্তগী কার্ত্তা শাগে অসি কুকাইন-রোইদৌরি, নাহাক্কীদমক্তা পাবুং সনাখ্যানা রাখিবা ঙসিদি তশেংনা উৎলরে।

টিকেন্দ্র—লৈবাক প্রজাগী য়াইফগদবা লৈরবদি ননাই কোইরেংগুম্বা অমা মাঙখিবদি করিসু লৈতবনি অজ্ঞা।

কুলচন্দ্র—কোইরেং! (থাঙ্গাল খুরুমগা খোকখি)

টিকেন্দ্র—অজ্ঞা! ননাই কোইরেংসু লৈবাক প্রজাগীদমক্তা নোক্রা থরাই থাজগনি, সিংহাসন অসি লৌবিয়ু।

কুলচন্দ্র - সিংহাসন! সিংহাসন! করিসু লৈতবা উৎকুম্বা সিংহা-সনগীদমক ইপা অমতনা পোকপা ইচিন-ইনাওশিংবু তানখোক্লগা নিংথৌ খুভম মুলহোই হায়বা অশীবা মিংকম

অসি মুমিৎ থানা পাল্লিবা মথৈ লৈহৌরগদব অদু নহাক থম্ব্রবরা কোইরেং! নত্তে, ঐ সিংহাসন লৌবা ঙমলোই!
( লেংগে ঙৌই কোইরেং থুকউ লৈতানা লম্বী থংলি )

টিকেন্দ্র— য়াম্বুং খৌজানবিদুনা ননাও কোইরেংগী রাশক অসিতদি থুগাইবিগনু, ইবুঙো পাখংবা পন্দুনা থাং চিক্‌না ননাই ঐ রাশকচত্রে; অদুগা ঙসিসু অমুক হন্না সন্নামাংদা রাশকচরিবনি ইমা পোক্লফম লমদম মণিপুরবু মীরৈবাক মচাগী মিংয়েংগী রাংমদা থমদুনা হান্নগী মনিংমখাতস্না মীখাপোন্দবা সন্না লৈবাক মণিপুরগুম অমুক হন্না শেমগৎপা ঙমত্রিবা ফাওবা চরা নামতা চাগনি, অচৎ-চত্তা মুমিৎ থা ইবুঙো পাখংবনা সাক্ষী ওইসনু করিগুম্বা ঙমদবা খোক্লে নোক্লা নোক্লা কোইরেংগী থরাই থাজখিগনি শ্রীচরণনা সাক্ষী ওইসনু। ( খুকপী, কুলচন্দ্র কোইরেংদা মুন্না য়েংদুনা লৈ--, কন্বাক অদু মমত্রে )

**অহানবা মঙীং লোইবা।**



# অনিশুবা মশাং

## ১বা উৎপা

### অমুক পুং ১০ তাবা মতম

(হাপ্তা বাঙ্গালা মনাক্তা লৈবা লৈকোল—পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রিমউড হঙ্গংহন্দা চৎতুন। লৈরম্মী রসিকলাল কুণ্ডু চংলক্কুনা লেলাম তৌরে)

রসিক—Sir a telegram, (পীবা)

গ্রীম—(শেগাই শেগাইনা) Is Tikendrajit still there ?

রসিক—Yes sir ;

গ্রীম—And Mr. Gordon too ?

রসিক Yes sir, No term was accepted by Tikendrajit Singh

গ্রীম—I know, he won't do that, look (টৈলি পাবা) I propose to visit Manipur shortly. Have roads and rest houses put in order. Further directions and dates to follow.

Chief Commissioner.

আসামগী চিফ কমিশনার মণিপুর য়েংবা লাক্কনি।

রসিক—য়াম্না ফরে মিঃ গর্ডনগী রা টিকেন্দ্রজিৎ য়াদ্রে, কমিশনার লাক্লগনি, হৌজিক ঠিক তৌগনি, টিকেন্দ্রজিৎ করি তৌবা ঙমগনি।

গ্রীম—No ! The situation is not good. কমিশনার

লাকপা মণিপুর ফম্রে ( টিকেন্দ্রজিৎ, বামন চরণ কাইল কোন্দুনা চংলকই ) Yubaraj Sahib! Please see, Chief Commissioner of Assam is arriving shortly.

টিকেন্দ্র য়াম্না ফরে এজেন্ট সাহেব।

গ্রিম—মিঃ গর্ডনগী রা য়াম্রে ?

টিকেন্দ্র—য়ানগদবা রাফম অমতা য়াওদবনিনা করি তৌগনি সাহেব। ভারত সরকারনা মহারাজ শুরচন্দ্রগী মীচংদা লৈ; অচুম্বা রায়েল তৌহ্নুন' মীচং মীখাই নাইবা অসি উৎত্রবদি থম্ম-নিংঙাই লৈগদবনি।

গ্রিম—ঐসু অহু খল্লে, ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্ট মহারাজ শুরচন্দ্রগী রা তারে।

রসিক ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টকা লীংনবা যুবরাজগী ফম্রে, য়ানগদবা হিরম অমা থিহুনা য়ানবা ফরে; যুবরাজজী অমুক খনবীরো!

টিকেন্দ্র—নহাক্কী মতম্ অহুরা কুণ্ডু! ঐনা নংগুম্বা মী অমা ওইরম্ল-বদি য়ারমগদবনি অহুবু ঐনা মণিপুরী মচা অমা ওইরমহুনা মহু থোক্রে!

গ্রিম—যুবরাজজী ঐবু ঙাইবিরো ঐ লাক্কনি।

টিকেন্দ্র ঐবু ঙাইরমখো হায়বা ?

গ্রিম—Yes please. Come on Mr. Kundu.

( গ্রিমকী অমসুং কুণ্ডু চৎখি )

টিকেন্দ্র—মুখর্জী! ঐখোইনা গভর্ণর জেনেরেলদা থাখিবা দরখাস্ত অহুগী কোপি কাইল্‌দা য়াওরিবহু অমুক্কং পাও।

বামন—(পাবা) His Excellency the Governor General of India, Simla,

Your Excellency,

I have, most respectfully to inform your Excellency that owing to certain reasons there were constant displeasures and quarrels between our brothers, the Maharaja Surchandra Singh making voluntary abdication of the throne to me, the heir of the throne left for Brindaban. Accordingly I ascended the throne of my father and grandfather on the 8th Ashwin last.

I have the honour to be,
Your Excellency's most obedient servant,
Shri Kulachandra Singh.

বামন—মসিগী জবাব হৌজিক ফাওবা পীজ্রে অহুগা মিঃ গর্ডন থারে।

টিকেন্দ্র—চুম্মী এসিষ্টেণ্ট কমিশনার গর্ডনবু থারক্লিবা অসি ওইবা য়াই। থংলেদনা মুখর্জী অংগ্রেজশিং অসিবু মপুং ফানা মণিপুরদগী চৎহন্নবা থৌরাং তৌদবা য়াজ্রে।

বামন—যুবরাজ চিন্তা থাদোকপীরো, ইংরেজ গভর্ণমেণ্টকী পোলিসি ঐ য়াম্না থংলে—ঐ পোলিটিক্সসু হৈরে, প্রজাগী থৌনা লৈরে ইংরেজ লায়না তানগনি। (যাইমু চিঠি অমা পুত্বনা চংলকই)

মাইমু—(থুরমগা) অজ্ঞা। সনা নামদা চিঠি অমা থুংলৈ অথুবা রা ওইরমগত্রা খন্নজহনা পুরকপনি। (বামনবা চিঠি অহু লৌশিন্নি)

টিকেন্দ্র—করে চংলো। (মাইমু চংখি) কনানা পিরকপা চিঠিনো য়েংউ।

বামন—(কাকতোক্‌নবা য়েংলগা) কলিকাতাদগী গোপাল সিংহনা পীরে।

টিকেন্দ্র—করি হায়রি —, পাও।

বামন—পরমপূজনীয়।

যুবরাজ সনা চরণদা হঙ্গৎচখি মহুদি সুরচন্দ্র মহারাজনা কুলচন্দ্র মহারাজগী মথক্তা দরখাস্ত থানবা খৌরাং তৌরে, মহারাজ সুরচন্দ্রনা কাছাড় থাদোকলমদাইদা চীফ কমি-শনারদা তৌরকপা টেলিগ্রাম অহুগী কোপি মনমদা য়াওরি; য়ায়া চেকশিনবীয় ভারত সরকার মহারাজ সুরচন্দ্রগী মীচং চংগদৌরি অহুম্নদি ওইরগা শ্রীযুৎ কুলচন্দ্রবুদি মহারাজ ওইহনগদৌরি। ইতি

যুবরাজগী মনাই
শ্রীগোপালসিং

(থাঙাল চংলক্‌নবা থুকনী)

টিকেন্দ্র—ইপু! পাও অমা লাক্লে।

থাঙাল—পাও অহু তানিংবনা ভাইওমত্রহনা সনানাক তায়া চেন্নর-বনি; করি করি হায়নখিরবা?

টিকেন্দ্র—অহুগী য়া লায়রি ইপু রাম্বুং সুরচন্দ্রনা ঐগী ইথক্তা দরখাস্ত

অমা গভর্ণর জেনেরেলদা থাগদোরি হাম্না টেলিগ্রাম অমা কমিশনারদা তৌরক্লে।

থাঙ্গাল—আই, আই, ননাই ইপুনা হঙ্গৎপহ্ন লান্দ্রেদনা? নয়াম্বুং শুরচন্দ্রনা কাছাড়দা লৈরিভৈদা লুপা লিশিং তরুক থারকউ হায়বহ্নবু থারম্লবদি কাছাড়দগী লান্মী খোম্লগা মণিপুরদা অমুক হন্না লান্দারক্লমগদবনি। রাখল অমা থম্দুনা লুপা থারকউ হায়বনি।

টিকেন্দ্র—চুম্মি ইপু চুম্মী! টেলিগ্রাম অসি অমুক্তা তাখিসি।

থাঙ্গাল—মৌগী মফম অসিদা—? ফজ্রে লেংঙসি সঙ্গাইদা।

টিকেন্দ্র—এজেণ্ট সাহেবনা অমুক্কং উন্নখিসি হায়রি—, করি তৌই হায়বনো ইপু, পারো!

থাঙ্গাল—সনায়াথং!

রসিক—(পাবা) To Chief Commissioner, Shillong

Just now opening Political Agents pass learn that I abdicated wholly untrue. Political Agent misunderstood me Shall submit full representation later on. Solicit reconsideration and help.

Maharaj Surachandra Singh

থাঙ্গাল—করি হায়রিবনো মৈতৈলোম্দা অমুক হায়মুদনা!

বামন—হৌজিক্তা পোলিটিকেল এজেণ্টকী পাস অহু হাংদোকপদা থংলে মহুদি ঐ ইশানা য়ানা সিংহাসন থাদোকপনি হায়বসি মপুংকানা লাপ্লে। এজেণ্ট সাহেবনা ঐবু লান্না লৌরে।

শন্দোকপা মরোল কোম্না দাখিল তৌগনি। অমুক হন্না খনবিনবা অমসুং তেংবাংবিনবা প্রার্থনা তৌজরি। অসি হায়রি।

টিকেন্দ্র—তারিখ কয়াগী চিঠিনো ?

বামন—তারিখ তরুক্কী—( মথুং থেক্ত্না পারগা ) মুমিৎ ১৮নি শুরে !

টিকেন্দ্র—দরখাস্ত থাখরে ইপু, অতুনা গর্ডন এসিষ্টেণ্ট কমিশনার মণিপুরদা থারক্লিবা অসিনি, অতুগা চীফ কমিশনার লাকনি হায়রিবা অসিনা—,

থাঙ্গাল—আসামগী কমেশোন !

টিকেন্দ্র—ইপু—, ঙরাং নাহান্দগী গর্ডনগা ঐগা ঙাংনবদা রাক্ষম অমত্তা য়ানদবা অসি ভারত সরকারদা থংহনখ্রে !

থাঙ্গাল—কমেশোন মণিপুরদা লাকনি হায়রিবা ?

টিকেন্দ্র—হৌজিক্তা টেলিগ্রাম অমা থুংলৈ হায়তুনা এজেণ্ট সাহেবনা ঐঙোন্দা উৎলম্মী।

থাঙ্গাল—ফিভম অসি—,

টিকেন্দ্র—লাইথোকপা য়াদ্রি ইপু ! ( গ্রিমউড হল্লকই )

গ্রিম - Yubaraj Sahib ! Mr. Gardon গী proposal অসি Agree তৌবা য়াম্না ফরে।

টিকেন্দ্র - এজেণ্ট সাহেব ঐগী হায়গদবা পুন্নমক গর্ডনদা হায়খ্রবনি হৌজিক নোহোনা হায়নিংঙাই করিস্থ লৈত্রে অতুগী মথক্তা ঐ হৌজিক মণিপুর থাদোকপা চুমদ্রি ঐগী ইথৌ য়াম্না রাংলি।

গ্রিম—All right, I will see you to morrow morning.
So long. ( সেলাম তৌরগা চৎখি )

টিকেন্দ্র—সেলাম্, চৎলসি ইপু ।

( পুন্নমক চৎখিবগা লোইননা কথাক অহুম্ব মমপ্রে )

---

## ২ শুবা ভুৎপা

### অয়ুক অঙনবা

( হাপ্তা বাঙলাগী থোঙ্গাল ময়ানি, আয়াগী কিজেৎ শেৎপী মাইপাকপী চাওয়াইমগা ৰারী শান্নুনা চৎলম্মী )

চাওয়াইমা—নহাক্কী রা অহু লায়রি, ঐনা হংলিবসি হান্না অমুক্তং খুমথো—, নংনা মতৌ করম্না এজেণ্ট সাহেবকীদা লৈরুরিবনো ?

মাইপাকপা—এজেণ্ট সাহেবকী মেম অসি ঐখোয়গী ভুরেল মপাল অহুদা নোংমা যুমিৎ তারমদাইদা হয়াচাবা লাকই । খংহৌদনা নোং যুংশিৎ হৌরক্লে । মাগী ছাতিন-নচিংবা করি অমতা য়াওরক্তে অহুনা ঐখোয়গী য়ুম্নদা চংলক্লে। যুমিৎস্থ তাশিল্লক্কদৌরে ।

চাওয়াইমা—অহুদগী কমদৌরে ?

মাইপাকপী—যুমিৎ তাখ্রবদি খুদোং চায়রোই থম্দুনা ঐনা য়েনপাক

অমা তুম্লগা মাবু বাঙ্গলা ফাওবা থিল্লি! কনা কনা লৈরি করম পাল্লিনচিংবা মানা ঐঙোন্দা য়াম্না হংই। ঐগী কিভমশিং অসি মঙোন্দা লোইনা লীরে অদুদা মানা ঐবু মুংশিরুরমাল্লে মাগী মনাক্তা লৈরো হায়রে। ঐনা অস্থুম খনবদা লাপ্না লৈবদগী মখোইগী মী ওইদুনা লৈরগা ঐখোই খ্বাইগী খুদোংচাবা হেনগত্রা খন্দুনা ঐস্থু লৈরগে হায়না য়ারে। মানা ঐবু ওস্কোক্লা লুনা তৌখ্রে অরুবা রা কয়া ঐগা তান্নে।

চাওয়াইমা—অদুদি নং জাৎ তারেদনা।

মাইপাকপী—জাৎতাবা? জাৎতাবা হায়রবু করিনোনে তাদ, ঐগী পুক্লিংদা ঙসি ফাওবা মৈতৈনি হায়না খল্লি শ্রীগোবিন্দবু খুরুমজরি মাবু শোঙ্গরি—মীনা ফনা হায়দুনস্থু ঐ য়ারোই— ঐ জাৎতারে হায়বসি।

চাওয়াইমা—যুবরাজগী সনা নাকোং য়োরবদি করি হায়গনি।

মাইপাকপা—হৌজিক্তি য়োহনখিস্থুসি তাদ; করিগুম্বা য়োদবা য়াদদুনা য়োরবস্থু ঐখোয়গী থবক অদু পাঙলব মতম অদুদা শোয়দনা লৌখৎপিগনি। করিস্থু দোষ লৈতেদা তাদ লাইথুং কোকপা ঙমত্রা য়েংশি হায়দুনা খ্বাইনা তুকচনরবা হিদাক অদু ঐনা চাবতনি। অতাবা মখৈনদি ঙক্লম্বা য়াই।

চাওয়াইমা—ঐ ফাওবা ঙক্রবনি, মৈতৈ মুপীনা সাহেবকী ইমুংদা লৈরে হায়বা অসিবু—;

মাইপাকপী—ঙকপীরুস্থু, লৈবাক অসিগী কান্নগদবা থবক খরদংবু পাংথোকলম্বা ঙম্নবদি ঐগুম্বী অমা মাংখিবা করিস্থু লৈতবা

রাকমনি। ঐনা অসিদা লৈবা ফংলিবা অসি ঈশ্বরনা চানবীরবনি খনবীয়ু। চৎপীরো তাদ, ইচিন-ইপুরা ঐখোই তোয়না উন্নবা মখোইনা উর-ভারগা চিংনখিগনি। অহুগা পাও অহু হৌজিক পুং ১০ তাবদা তৌগদৌরিবা দরবার অসিগীনি, শোয়দনবা যুবরাজদা খরা হঙ্গৎপায়ু।

চাওয়াইমা—শোয়দ্রবা পাওনিদনা ?

মাইপাকপা—শোয়দ্রবনি, অহুগা পাও অহু ঐঙোন্দগী ফংলকপনি হায়বা যুবরাজদা হঙ্গৎপীরুগনু। চৎপীরো থেংখ্রগনি মতম ওইশিল্লক্লে।

চাওয়াইমা—চেকশিন্না লৈয়ুকো।

মাইপাকপী—ফনি তাদ। ( মাইপাকপী চৎখ্রে )

চাওয়াইমা— অঙকপা মুপামচানি। ( অতোপ্পা মাইকৈদা চৎখ্রে, লাপ্তক্লা শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজ, থাঙ্গাল, অঙোম নিংথৌ, বামন চরণ, যাত্রা সিংহ, থৌগল লাঙ্গল ১মুং লাম্মী খরনা থৌগল তৌহুনা দরবার তৌবা লেংলকপগী মখোল তারে, অসুম নক-শিল্লক্লুনা হাপ্তা বাঙ্গলাগী থোঙ্গাল য়ৌরক্লে )

কুলচন্দ্র—ইপু! করিনো মতম খরা রাৎলিবনরা হৌজিকফাওবা এজেণ্ট সাহেবকী থোং হাংদ্রিবা অসিবো ?

থাঙ্গাল—( মুমিৎলোমদা য়েংলুরগা ) নিংথেম, ননাই ইপুনা অসুম য়েংজবদা শ্রীযুৎনা সনা খোংলেংলক্লিবা অসি মখোইনা হায়রকপা মতম অহুদগী পুংখাইমুক ফানিংচিৎ ভল্লিব্রা!

কুলচন্দ্র—অহুদি ইপু অসিরাইদা ভাইহাক্তং লৈখিসি।

গিরিধারী— অসিরাইদা অস্নম লেংশিনবগী মছুৎতা খরদং ওল্লবস্নু ওম্না মনুংদা লেংশিন্দুনা পোৎথাবনা ফগদ্রা ?

কুলচন্দ্র—হোয় তাদ মতুওইরবস্নু ফৈ ।

থাঙ্গাল—তারিব্রা কেরাণী !

বামন—অজ্ঞে !

থাঙ্গাল—অসিরাই ফাওবা চংশিন্দুনা সাহেবকী থোংশংবশিং অসিদা অমুক্তং হায়রু শ্রীযুৎ লেংশিনগে হায়তুনা । (বামন চরণ চৎখি) নিংথেম ! হন্দক্কী কমেশোন সাহেব অসি ওস্থোক্লা চাওথোক্লা উখ্রেদা !

কুলচন্দ্র মতিক মগুণ চাওরবা ভারত সরকারগী অচৌবা কর্ম্মচারী নিদনা ইপু !

গিরিধারী—অজ্ঞা ননাই অসি মপা-মপু অচৌবগী মচাদি ওইরস্লোই, মহৈ মশিং অতুক হৈজতুনা মরাইবক ফবদগী ফম পংচাও চাওনা কারকপা ওইরমগনি ; মানা অচৌবা শাগেগী মচা মশু ওইরবদি য়াম্না চমগদবনি, মাহাক থোইনা চমদে ।

থাঙ্গাল— চীফ কমেশোন হায়বা অসি কয়া চাওবা ফমনোদা অঙোম নিংথৌ. অমরোমদা হায়রবদি মীনাই য়াইমা হায়বগুম্বনি ।

কুলচন্দ্র—অতুগীবুদি ইপু লৈবাক্কী থবক পুরিবা ঐথোই পুম্নমক লৈবাক প্রজাগী মনাই ঙাক্তনিদনা ; প্রজানা পামদবা মুমিৎতা হেক্তা লোইরে ।

থাঙ্গাল—অতুবু নিংথেম হন্দক্কী কমেশোন অসিদি প্রজাগী মবুঙোনি হায়না খনমাল্লে ।

কুলচন্দ্র—রাখল থম্বা রাৎতুনা তৌবনি, পাওতাক পীনবা মরুপ-মপাং অফবা থেংনরগা নেমথজখিগনি।

থাঙ্গাল—ননাই ইপুনা মুংঙাইজদ্রিবদি, ঙরাং সেকমাইদা মাবু ওক্পনি হায়তুনা শ্রীযুৎ সনাখোংলেংলে অতুদা মাগী মিৎয়েং-রাঙাং-শাজৎতা ননাই ইপুনা উজববু ঐখোই মণিপুরদা লৈরিবা জাতি অসি নারক-শিংলক্তা পংলে লৈজবা করিস্নু থংদবা জীবগুম্না থল্লমাল্লে; ননাই ঐখোইনদি ইরৈবাক্তা লাকপনি সম্মান উৎফম থোকমাল্লে হায়তুনা সেলাম তৌরুববু হন্নাফাওবা য়েংদেনে।

গিরিধারী—অতুগীবুদি শ্রীযুৎতমক মানা উৎখিবা শাজৎ-লমচৎ, রাঙাং-রাঙা অতুদি ননাও ইবুংঙো কোইরেংদি চান্নবু শাওখ্রবনি।

থাঙ্গাল—ফরে অঙোম নিংথৌ মানা মণিপুর থাদোক্লি,ঙৈদা মৈতৈ অসি করম্বা জাতিনো হায়বা অমুক্তং থংহনসি।

কুলচন্দ্র—ইপুখোইগী রাখল অতু লাল্লি হায়জবদি ঙমজদে থোইনা থনবিরুগমুদা ইপু, জগৎ অসিদা হিংসাদগীবুদি অহিংসা-বাদীনা ঙম্বা ময়েক্লা তাজবনি।

থাঙ্গাল—নিংথেম সনায়াথং হিকতোকচবদি নৎচদে ননাই ইপুগীদি চেং-পূরগা চেং-শিং ফৌ-পূরগা ফৌ-শিং, থাংগী পাওখুম থাংনা নোংমৈগী পাওখুম নোংমৈনা.. (বামন চরণ চংলকই)

গিরিধারী—করি হায়রি কেরাণী?

বামন—কমিশনারগী অনৌবা হুকুম ফংস্রিবা কাওবা লেংশনবা রাস্রে হায়রে, পুং অমা থাড়া তৌবা তারে।

থাঙ্গাল—করি হায়বা? হৌজিকপু পুং অমা ভাইখিবা তারিবা—, ইয়া—, নিংথেম লেংভসি সনাকোম্বুংদা পুং অমা চেপ্লুখিসি শংলগা লেংভকসি শংত্রগা তোকথোকসি!

কুলচন্দ্র—শাওবিখিগন্থু ইপু, করিগুম্বা অচিনবা অমা লৈহুনা হায়বা ওইরমগনি, রারী শানা শানা ভাইবদা পুং অমা হৌখিবা থংহৌরোই। (টিকেন্দ্রজিৎ চংলকই—শ্রীযুৎ খুরুম্মগা)

টিকেন্দ্র হৌজিক ফাওবা লেংশিন্দ্রিবা অসিবু— ?

থাঙ্গাল—লেংশিনবা য়াদ্রিয়ে ইবুংঙো।

টিকেন্দ্র—কনাননিনা ইপু?

থাঙ্গাল—কনানবু ওইগদগে অচৌবা সাহেবকী হুকুমনিনে হুকুম্!

টিকেন্দ্র—হিঃ করিরানো অহুদি ইপু—, ঐখোয়না মখোইদা হায়জচৎচগে রা-নোমজগে হায়হুনা লাকপস্থু নত্তে, দরবার তৌসি হায়হুনা মখোইনা বার্ত্তোণ তৌরকপদগী লাকপনি অহুগবু চংবা য়াই য়াদে হায়বা অসিদি!

কুলচন্দ্র—শাওম্বুদা ইনাওশা, করিগুম্বা অচিনবা অরুবা থবক অমা লৈরহুনা হায়বা ওইরমগনি।

টিকেন্দ্র—সনায়াথং হিকতোকচবদি নৎচদে অজ্ঞা, খনবিয়ুনে ইপু-খোইস্থু, ফর-ফৎত্রবস্থু লৈবাক অমগী নিংথৌনি মখোইগী মথাপোনবা কর্ম্মচারীদি নত্তে! মাগুম্বা মীনাই কমিশনার অমনা অস্থুক য়াম্না মনিং তৌনা চাওথোক্লুনা চংবা য়াই-য়াদে হায়রগা সনাকোম্বুংদদি লেংদনা মীগী খোঙ্গাল ময়া অসিদা মখোইগী থৌজাননা হিংবা জীবগুম্না লৈবদি ঐ পামজদে, হায়নখিবা মতম্থু মখোইনা মনিংতৌনা ঐখোইদস্থু থংহল্লকনা

পাকহেক হোংবা য়াব্রা, লেংশিনসি নমথেক্তুনা নম্রগা লেংঙসি সনা কোন্নুং তান্না !

কুলচন্দ্র—ফিংগৎখিগন্নু কোইরেং, অশাওবা হায়বা অসিনা পুম্নমক মাংবনি ।

থাঙ্গাল—ননাও ইবুংঙোদি সনা ঈ-নিনা থরবু ফরি ননাই ঐখোই চীংদগী কুম্নকপা কুইদ্রিবা অসিদি খাংবদা ব্বারেদা নিংথেম ।

টিকেন্দ্র—অসিবু জগৎকী করম্বা জাতিনা চৎনবা লোনচৎনো ? বামন চরণ, নখোই খ্বাইনা নোংচুপলোমগী সভ্যতা সভ্যতা হায়বহু অসিরা ? মাসিদি সভ্যতা নত্তে শা-ঙানা চৎকদবা লিচৎনি ; ঐখোইব্ অস্মুক তোম্না খনগ্রবা— ! মহারাজ কুলচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎ ঐতবু ইকাইবা পীবা নত্তনা জাতি অমবু অস্মুক য়াম্না ইকাইবা পীবা ! হে সত্য সত্যনা সাক্ষী ওইসন্নু, সনা চরণবু সাক্ষী থমহুনা ব্রাশকলিবনি, ঙসিগী ইকাইবা মাইথিবা অসিগী লম্মনবু টিকেন্দ্রজিৎনা খুম্বা ঙমদ্রবা ইপারোমদগী পুরোন তরেৎ ইমারোমদগী পুরোন তরেৎ—পুরোন তরামরিমক চহি কোটি অমা নরোক্তা লৈবা ওইখ্রসন্নু ।

কুলচন্দ্র—কোইরেং !

টিকেন্দ্র—ননাই ঐদি সনা কোন্নুং য়োঁজরগনি, ঙসি মখোইনা লঙজরিবা মরাল অসিগী দমক্তা শ্রীযুৎ সনা চরণদা মঙক নোল্লদ্রিফাওবা ননাই ঐদি অসিগুম্বা দরবার অসি য়াওজরোই ।

( খুরুম্নগা টিকেন্দ্রজিৎ চৎখি থাঙ্গাল মুংঙাইথিবনা মিৎতগী পিব্বাং শিম্বখি )

কুলচন্দ্র—ইপু। ইপু মেঙ্গর। কোইরেং অসি য়াম্না শাওখ্রে অমুক্তা থাম্বীরু। (থাঙ্গাল খুরুম্নগা সনাম্নাথং ঙইবনা চৎনিং-দনা চৎখি)

গিরিধারী—লেংশিনখিগদ্রা? সনাকোম্নুংদা লেংবনবু ফরগদ্রা?

কুলচন্দ্র - মসিনা ইনাও কোইরেংগী মতনিদনা তাদ, ঐগীদি--ঙাইহনা উম্নখিবা ফৈ; মখোইনা তোম্না খল্লে ঐগী করি অমাংবনো--চাওনা খল্লে করি হেন্না চাওখৎকদগে—, ইরৈবাক ইজাতি-গীসু মহু মঙাই।

বামন—য়াম্না চুম্নে মহারাজ, হিংসা অহিংসাগী লাল পুম্পিদা তৎতনা শোক্সরে হিংসা পাম্বা মী মাইথীরে, ঙাইহনা উম্নবা য়াম্না ফরে মহারাজ।

(শ্রীযুৎ মতম ঙাইহনা লৈখ্রে—ফম্বাক অহু মমথ্রে)

## তঙ্গুবা উৎপা।

### অয়ুক অঙনবা

(যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী সঙ্গাই মাঙোল—খুদা অমা ফজনা থাই, ফাল অকোইবা অমগী মথক্তা হিদাক লাংথক লৈ, ফম্নবা ফিদা ফম্নামুকসু থাহনা লৈ, টিকেন্দ্র খুদাদা লেংশিল্লি অহুগা থাঙ্গাল মোরা অমদা ফমহনা লৈ, মপু মনাই বা তাম্নরম্মী)

থাঙ্গাল—সনায়াথং মতুংইন্না ননাই ইপুনা থৌরম পুম্নমক শীন্দুনা লোইখ্রে—; খনবীরুরগম্নদা মাহুৎনী শরুক সন্না পুক্লিং অহু

খরা সুংঙাইথোকপীরু সনা হকচাং অদু খরা কগৎনবা—, সনা পুক্লিং অদু সুংঙাইত্রবদি সনা হকচাং অদু কদাইদগী ফরগদগে।

টিকেন্দ্র—হায়বগুম্বদুনা ইপু ঙসিদি খরা সুংঙাইবগুম তৌরে।

থাঙ্গাল—সুংঙাইরসিদা, হৌজিক যুবরাজনা সনা হকচাং ঈ-দুনা লৈবা য়াবা মতম থোক্কে। (মাইমু টেলিগ্রাম অমা পুদুনা চংলকই)

মাইমু—তার অমা সনা নামদা লাকই হায়দুনা ননাই বামননা কংলকই। (মাইমু থুরমদুনা কংশিল্লমগা থোকখি)

টিকেন্দ্র—(টেলিগ্রাম অদু পারগা) তাও ইপু—'কৈজাও অমা য়াম্না থুনা মণিপুরদগী খাওদা নমদুনা ফাগনি'— গোপাল সিংহ

থাঙ্গাল—হাঃ হাঃ হাঃ (হৌনা নোক্নুনা) ননাই ইপুগী রাকম অদু শোয়ত্রেদো, ফিরিঙ্গী অরাইবা নত্তেনে, নমদুনা ফাগে কম্না হেক্কা হোৎনবনি অদু নৎত্রবদবু যুবরাজ য়াওদে হায়দুনা করিগী দমক্তা দরবার অহুমলক য়ৈথোক্কনি, ঙরাং তারিক ২৩ অসিস্তু শ্রীযুৎ সনাখোংলেংলে, লৈবাক্কী অঙম অথৌ হায়নবা ঙাংনবা য়াবা মী অমতা চীৎথদরে অদুদবু মখোইনা দরবার অহুমলক য়ৈথোকপদি, নমদুনা ফাগে শীনবনি।— অদুগা যুবরাজ! ঙসি সুমিদাং সাহেবশিং অসিনা জগোই রাস য়েংগনি হায়দুনা তৌরিবা থৌরাং অসি মখোইনা যুবরাজবু ফাননবা শীনবা থৌরাংশিং অদুগী মরক্তগী অমা শোয়দনা ওইগনি।

টিকেন্দ্র—সুংঙাই ইপু মখোইগী থৌরাং অসি।

থাঙ্গাল—কনবু হৈ-শিংজরিয়ে ফিরিঙ্গি মচাশিং অসি।

টিকেন্দ্র—অদুগা ইপু! ঐখোইগী থবক্তি কমদৌরি?

থাঙ্গাল—হন্দক্তি করম্বা য়েন্নবগা মাইয়োক্লগদৌরিবনো হায়বদু থংনা ননাই ইপুনা থৌরাং তৌজরি।

টিকেন্দ্র পুম্না কয়ামুক্তি শুরে ইপু?

থাঙ্গাল—অনৌবা শেমগৎপদনা লিশিং মরি শুরে।

টিকেন্দ্র—ফরে ইপু, য়াম্না থুরে থুবগী মওং ওইনা অদুগা থরদং তপ্পা তারবদি ঐখোইগী মীশিং অদুবু নিংথিনা তাকপী তম্বাবা ফৈ ইপু। (মাইমু চংলকই)

মাইমু—অজ্ঞা, এজেন্ট সাহেবকা মাগী সেক্রেটারী অদুগা লোয়ননা অতোপ্পা সাহেব অমগা লাকই! যুবরাজ উম্নবা ম্নাগজ্রা হংজরকই।

থাঙ্গাল—অতৈ কনা কনা য়াওরকই? (থাঙ্গাল হোৎঙ্ল্রে)

মাইমু—অতৈ অতোপ্পা য়াওরক্তে, সিপাই অনিখক্তং য়াওরকই, মখোইদি থাপ্পা লৈহৌই।

টিকেন্দ্র—ইপু কৌশিন্দুনা উম্নসিদনা?

থাঙ্গাল—ননাই ইপুনা খনবদি—, দরবার শংদা লেংখোক্লগা উম্নবনা খুদোং চাগদ্রা।

টিকেন্দ্র—হোৎগৎতুনা চৎপদা কোক অসি খর খর ঙাওই, অসুম উম্নরসি— ; মখোই অমা অনিনা ইশু ইপুদবু করি তৌজরগবনো ইপু;

থাঙ্গাল—অদুগীদি খোইদোকতে যুবরাজ।

টিকেন্দ্র— চংহল্লকউ মাইমু। (মাইমু থোকখি)

থাঙ্গাল— ননাই বামন কৌহল্লুসি হায়ব্রা?

টিকেন্দ্র—থোইদোকপা ই-ন-খোংনগদবা য়াওরমগনি নিংদে ইপু।
(গ্রিমউড, কসিন্স, কাইল কোনবা বামন চরণ চংলকই)
আইয়ে সাহেব, আইয়ে!

গ্রিম—Good morning Yubaraj Sahib! Good morning General!

থাঙ্গাল—সেলাম সাহেব!

গ্রিম—This gentleman is Mr. Cossins, Assistant Secretary. (টিকেন্দ্রজিৎতা) His Royal Highness Tikendrajit Singh. (থাঙ্গালদা) and Thangal General—;

কসিন্স- Good morning! Good morning!

টিকেন্দ্র—সেলাম!

থাঙ্গাল—সেলাম! ফম্বীয়্য। (সাহেবশিং ফমখি) কুণ্ডু! নংস্থ ফমজোনে! (কুণ্ডু মখুৎ লোয়দুনা থুরুম্লগা ফমখি)

গ্রিম—যুবরাজ সাহেব নারে ঐখোই তারে, চীফ কমিশনার য়াম্না গুংঙাইত্রে, মে ২৩গী দরবার যুবরাজ য়াওদ্রে, মহারাজ করিগুম্বা রা অমা য়াবা ঙমদ্রে, কমিশনার সাহেব যুবরাজ উন্নবা বহুত বহুত দরকার লৈরে, যুবরাজ উন্নদ্রে হনবা য়াদ্রে।

টিকেন্দ্র—লৈরম্বা য়াই অদুবু করম তৌগনি ঙমদ্রেদনা।

গ্রিম—চীফ কমিশনার যুবরাজ উন্নবা ঙমদ্রে- অদু—ঐবু থারে, হয়েং কমিশনার ইম্ফালদগী চংকনি।

টিকেন্দ্র—য়াম্না ফরে ঐগা উন্নবা ফংদ্রবনিনা এজেণ্ট সাহেবনা খরা তম্বীয় সেলাম তৌরকই হায়তুনা।

গ্রিম—ফরে যুবরাজ সাহেব! ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টকী মেমোরেণ্ডম অমা ঐ পুরক্লে—, য়াম্না শাংলে (টিকেন্দ্রজিৎতা পী) মাতুগী sum and substance যুবরাজ সাহেব!

টিকেন্দ্র—( চেশিং অহ য়েংনা য়েংনা ) হায়য়ু তাসি।

গ্রিম—যুবরাজ সাহেবকী মথক্তা দরখাস্ত অমা মহারাজ সুরচন্দ্রনা গভর্ণর জেনেরেলদা ফাইল্ তৌরে। লাল হৌরে, লৈপাক মুল্লে হায়রে—, রারোল অহু য়াম্না মুন্না খল্লে. গভর্ণর জেনেরেল ইন্ কাউন্সিল ওর্ডর পাস তৌরে; মণিপুরগী থ্রোন মহারাজ কুলচন্দ্র ফংগেনি, এগু যুবরাজ সাহেব বিদেশদা exile তৌগেনি, মণিপুর রাংমা চৎকেনি। যুবরাজ য়াম্না লাল্লে গভর্ণর জেনেরেল লেপ্লে। মমিং ওইনা বিদেশতা চংকেনি, মহারাজ কুলচন্দ্র শিরে মণিপুরদা লাকপা য়াগেনি থ্রোনসু পীগেনি। And in the mean time যুবরাজ সাহেব ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টকী মীনা ঙাকশেল্লগনি—লমচং ফজরে মণিপুরদা য়াম্না থুনা লাকপা য়াগেনি।

টিকেন্দ্র—মাতুরা ভারত সরকারগী হুকুম?

গ্রিম—Yes Your Royal Highness

টিকেন্দ্র—এজেণ্ট সাহেব! মণিপুর অসি ভারত সরকারগী মখাদা লৈব্রা?

গ্রিম—No, no! Manipur is an independent State, কনাগী মখাদা লৈত্রে।

টিকেন্দ্র—অহুদি ভারত সরকারনা তৌরকপা হুকুম অহু ঐনা ইনফম থোকপ্রা ?—অহুগা মাসিমস্থ থল্লু, করিগুম্বা মনিং মথা তম্বা কনাগীস্থ মথা পোন্দবা লৈবাক অমগী মনুংদা খৎন-চৈনজ-রগা অতোপ্পা লৈবাক্কী মীনা রায়েনবা অসিবু করম্না ইনফম থোকই ?

গ্রিম—1835 কী রা যুবরাজ সাহেব খংলে।

টিকেন্দ্র—ঐ খংই অহুবু ঐনা চুক্তি অহুগী রাংমদা লৈবা থবক অমত্তা তৌখিদ্রি অহুনা ভারত সরকারনা বিচার তৌবা য়াবা করি-গুম্বা ইরাল অমত্তা লৈতে।

গ্রিম—Treaty গী No. 9 item গী রা যুবরাজনা লাম্না লৌরে।

টিকেন্দ্র—অর্থ লানবা লান্দবগী রা করিমত্তা লৈতে সাহেব! ঐ ভারত সরকারগী মফমদা করিগুম্বা অমত্তা লান্দ্রি, থোই-দোক হেন্দোক্না ইরৈবাক ইজাতিগী মফমদস্থ টিকেন্দ্রজিৎ লান্দ্রি অহুনা ভারত সরকারদি থম্ব থমখো ঐনা অরানবা থবক তৌরে হায়হুনা ঈশ্বরনা পীরকপা দণ্ড ওইহুনস্থ ঐ য়ারোই! হাঃ ভারত সরকারগী হুকুম! ইরৈবাক ইজাতিগী য়াইফনবা, চাওখৎনবা হোৎনবদা ভারত সরকারদা করি কায় ? ওইবা য়াই, ভারতকী মনুংদা কনাগুম্বা জাতি অমনা চাওখৎলগা ব্রিটিশ গভর্ণমেণ্টনা থাংবা ঙমদে চাওখৎহন-নিংদে।

গ্রিম—Yubaraj Sahib! please remember, Sir Chandrakirti Maharaj and British Government কী অনৌবা চুক্তি।

টিকেন্দ্র—করিগুম্বা ইরৈবাক ইজাতিগী খোংচৎতা কায়গদবা লৈরবদি চুক্তি অতুগী রাংমদা লৈবা থবক কয়া টিকেন্দ্রজিৎনা তৌরকখিগদবনি ।

রসিক—যুবরাজ জী—ভারত পুম্বা মখোইগী খুত্তা লৈবা শক্তি চাওরবা ব্রিটিশ সরকারগা ঝগড়া তৌবা লৈবাক্কী জাতিগী মঙ্গল ওইবা লৈত্রে ।

থাঙ্গাল—রসিকলাল কুণ্ডু! নখোই খ্বাইগী খোংউপ শেংতুনা লৈগদবগী শরুক ইনিং ইখা তম্না নোংমতং হিংলম্নগা শিখিবনা ফৎত্রা ?

রসিক—শিবগী রা লৈত্রে জেনেরেল—এক দুই মাস নজরবন্দি লৈগনি যুবরাজ সাহেব পুরা শাস্তি ওইগনি ।

গ্রিম—হাঁ নজরবন্দি Two or three months only.

রসিক—যুবরাজ য়াম্না থ্যাল লৈরে, প্রজা ঔর দেশকী থল্লে । ব্রিটিশ গভর্ণমেণ্টতা রাজভক্তি উৎপসু য়াম্না ফরে । Yubaraj loves his country and people. He is a perfect gentleman indeed.

গ্রিম—Yes, think over Yubaraj sahib, please convey my submission and let me hear a very hopeful answer.

টিকেন্দ্র—কনাবুনো হায়রিবতু সাহেব ?

গ্রিম—আপসে ।

টিকেন্দ্র—ঐগীদি হায়গদবা হায়খ্রে, অতুগা তাও সাহেব ঐ থরাই

ফাওবা থাদোকপ' ঙম্মী অদুবু মণিপুরগী যুবরাজ টিকেন্দ্র জিৎনা হায়দোকখ্রবা জবান হোংবদি ওইথোক্তবনি ।

গ্রিম—This is my last request Yubaraj Sahib, it would be very bright on both sides to obey the order of the Government of India at any cost, otherwise.

টিকেন্দ্র—অদু নৎত্রবদি—?

গ্রিম—The consequence would not be fair, অফবা ফল ওইরো'ই ।

টিকেন্দ্র—হাঃ হাঃ হ'ঃ ( হৌনা নোক্না ) সাহেব ! কিহল্লগা চৎকদবা টিকেন্দ্রজিৎ নত্তে, টিকেন্দ্রজিৎকী হকচাং শারকপদা অকিবগী শরুক হাপলমদ্রে । ঐগী ইরৈবাক ইজাতকী নো'মা নখোইগী নখুৎ চল্লবা য়াই, খোংনা নেথৎলব য়াই, ঐগী থরাই ফাওবা লৌরবা য়াই অদুবু মণিপুর যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা হায়দোকপ্রবা জবান ঙাক্তে হায়বা অদুদি হুমিৎ থানা পাল্লিবা মখৈ ওইথোকতবনি, চৎপিবা য়ারগনি ।

( মেমোরেওাম অদু নংশিল্লি লৈপাক্তা তাখ্রে—রসিকলাল খুনগৎলি )

গ্রিম—I am very sorry, সেলাম । ( মখোই অদুম্মক চৎখি )

টিকেন্দ্র—হাঃ হাঃ হাঃ ভারত সরকারগী হুকুম—হাঃ হাঃ । (মীনোক খোঙেল অশিগা লোয়ননা ফষাক অদু মমখি । ঙাইহাক লৈরগা জগোইরাশকী জগোই-ঈশৈ-পুং অমসুং যোইবুং খোঙেলগী মরক্তা নোংমৈ তোপ কাপ্পগী মখোল তারকই । ফনা কুইনা কাপ্লরে, নোংমৈ কাপ্পা লেপ্পবগী বিউগল খোংবা তারক্লে )

## ৪শুবা উৎপা।

### অয়ুক পুং ৯ তাবা মতম

(মণিপুরগী দরবার শং মমুংনি—অকোইবদা খুৎলাই পাইবা লাম্মীনা কয়া ঙাক্লি—থৌগল-লাকল অমত্তা য়াওদনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ, অঙোম নিংথৌগা লোয়ননা য়ায়া লাংতকনা লৈরম্মী, মখোং লাকওমদ্রবা মুপী অঙাং প্রজা পুম্নমক্না দরবার শং অতুগী অকোয়বদা চিৎনা-চায়নবা ওমদবা মথৈ পৈছনা লৈখ্রে; মচা-মস্ত, মচিন মনাও, শাগৈ-নাতৈ সাহেবশিংগী গুলিনা শান্দুনা অহিংগী লানফমদা মথৎলাই থাগ্রবা খম্মোই থোক্লবা প্রজা-শিংগী কপ-লাওবা খোঙ্গেলনা পুমনিল নিল্লি। অশাওবা ফাবা ওমদ্রবা মথ্থাই থোক্লবা প্রজা অমনা মীনিল অচু নমহৎতুনা লাওরকই।)

প্রজা অমা—যুবরাজ সনা য়াথংনা হৌজিক লাল লেপখ্রে, খংবীয়ু যুবরাজ! সাহেবশিং অসিনা মরাল লৈজদ্রবা খুৎলাই পায়-দ্রবা প্রজা ইচিল-ইনাও, ইমা ইন্দোল, অশোল-অনা থাক্তনা শা-ঙা হাৎপগুম হাৎখ্রে, মীমুংশি খংদ্রবা, লমচৎ নাইদ্রবা সাহেবশিং অসিবু হাৎতছনা লাল লেপ্লিবা অসি ঐথোই য়াজনিংদে!

ময়াম—( লাওরকই ) য়ানিংদে, য়ানিংদে!

প্রজা অনিশুবা—তাবিয়ু যুবরাজ! ঙসিদি সাহেবশিং অসিনা শিবা নৎত্রগা ঐথোয়না শিবা অনিগী মরক্তা অমা শোয়দ্রবনি!

ময়াম—চুম্মী চুম্মী!

টিকেন্দ্র—( মীনিল অচু নমথৎতুনা ) ইচিল ইনাও পুন্নমক অমুক্তা তপথবিখো, সাহেবশিং অসে মাইথীরে হায়বা য়ারে। হৌজিকমক পুররূগনি, হৌনবী বিচার তৌরগা মতিক চাবা দণ্ড পীগনি, ইচিল-ইনাও পুন্নমক ! অশাওবদু অমুক্তা ফাবিখো।

প্রজা অমা—মথরাই লৌবগী দণ্ড পীবিগদবনি।

টিকেন্দ্র— মাদুদি বিচারগী মতুংইন্না অতাবী লাক্কনি। (মৈতৈ লান্মীনা নিংথিনা ভাক শেন্দুনা পুরকপা কুইন্টন, গ্রিমউড, কর্ণেল স্কীন, লেফটেনেণ্ট সিম্পসন্ অমসুং কসিল লাকপা অদু প্রজাশিংনা উরদুনা— )

প্রজা অমা —মীহাৎপগী লুচিংবশিং অসি লাক্লে !

মীয়াম-- হাৎলো, হাৎলো, ! ( প্রজা ময়াম্না উপশিল্লরবদি মথবাই মাংলগনি খল্লদুনা সাহেবশিং অদু দরবার মদুং তান্না কন্না চেনশিল্লক্লে—, মদু উৎদা টিকেন্দ্রজিৎ লাওদুনা চেম্বোকখ্রে— )

টিকেন্দ্র— লৈবাক মচাশা অমুক্তদি ভাইবিখো কৈদৌবগে। (টিকেন্দ্রজিৎ সাহেব মডা অদুগা লোয়ননা চংলকই সাহেবশিং য়ান্না চিংননা লেপ্পুনা লৈরমই—) অপলোক বৈঠিয়ে ! ( ফমদে ) কৈঁ্যা খড়ে হৈঁ, বৈঠিয়ে বৈঠিয়ে। ( ফমখ্রে ) মিষ্টর কুইন্টন।

কুইন্টন—য়েস্ যুবরাজ সাহেব।

টিকেন্দ্র—চৌং-লৈবাক-মচা ঐগীদা খোংদাবিরকপা অসিদি করিনা সেবা তৌগনি।

কুইন্টন—যুবরাজ সাহেব করি হায়রে, স্বাধীন মণিপুরকী যুবরাজসে ঐসি স্বাগত মিলা ঔর ক্যা সেবা ? আজ হমলোক হৈ গরিব ঔর আপ হৈ অমীর যুবরাজ সাহেব।

টিকেন্দ্র—আসামগী চীফ কমিশনার সাহেবমুক চাওবা অসিবু কনা
লৈরিবগে ? আসাম অমসুং মণিপুরদদি গবর্ণর জেনেরেল-
নিদনা। ( টিকেন্দ্রজিৎ গিরিধারী হৌনা নোকই )

গ্রিম—অসি রা লায়রে, মহারাজ উনবা ফংগেনি ?

টিকেন্দ্র—এ, মহারাজ উন্নবিনিংবোইরে। কনা লৈ ?
( যাত্রাসিংহ সুবিদার চংলকই ) সুবিদার সাহেব !

যাত্রা—আজ্ঞা !

টিকেন্দ্র—কমিশনার সাহেবনা মহারাজ উন্ননিংমাল্লে, সনা চরণদা
খরা হঙ্গৎলু !

যাত্রা—আজ্ঞা !

টিকেন্দ্র অতুগা থাঙ্গাল জেনেরেলদসু সেলাম তৌবিরম্মু !
( যাত্রাসিংহ চৎখ্রে ঙাইংনাক লৈরগা থাঙ্গাল জেনেরেল চংলকই )
শ্রীযুৎতি ইপু !

থাঙ্গাল—( খুরুম্নগা ) লেংলক্লগনি ; ( টিকেন্দ্রজিৎ ঈঙ্গীত তৌরকই )
কমেশোন সাহেব !

কুইণ্টন—য়েস্ জেনেরেল !

থাঙ্গাল—ঙসিদি মণিপুর রাজ দরবারদা চংজরক্লবনিনা মহারাজ
উন্নবীগে হায়রবদি মৈতৈ ঐখোইগী চৎনবী খরদি তৌবা
তাইদো।

গ্রিম—করম্বা চৎনবীনো জেনেরেল ?

থাঙ্গাল—য়াম্না কুইরবা, থাইনা মমাংঙৈদগী চৎনরক্লবনি।

কুইণ্টন—করি চৎনবা হায়রো ?

থাঙ্গাল—মহারাজনা দরবার অসিগী থোংজিন অসিদা হেক সনাখোং

লেঙশিল্লকপদা দরবার অসিদা লৈরম্লিবা অঙম অথৌ পুন্নমক খুকউ লৈতানা শ্রীযুৎনা সিংহাসনদা লেংশিন্দ্রিফাওবা ঙক-নোন্দুনা লৈবা।

গ্রিম- অনৌবগুম খল্লে জেনেরেল ?

থাঙ্গাল—এজেন্ট সাহেব! নহাক্না মণিপুরদা হেক লাকপদগীনা ঙসিগী দরবার অসিগী মমাংফাওবদা নহাক মণিপুর মহা-রাজগী মরুপ ওইরম্মী, ঙসিগী দরবার অসিদদি নংত্রে—মাসিদি চুম্বা—? (খুমদে) চুমদে হায়না খল্লে মপান্দা লৈরুখিবা তারি, ঐখোইগী হুকুম মতুং ইন্না চংলক্কদবনি, অদুগা দরবার অসিদা চংজরকপা মী ওইরবদি চংলকপা মতমদা মীপুম খুদিংমক মঙক নোন্দুনা চংলক্কদবনি।

কুইণ্টন—ফরে জেনেরেল ঐখোই সন্মান উৎকনি।

(মহারাজ লেংলকপগী বিউগল খোংলক্লে, খৌগল-লাঙ্গল পুন্নমক্না লোয়নবা শ্রীযুৎ লেংশিল্লক্লে, ময়াম পুন্নমক হৌনবী মতুং ইন্না খুকম্মী, সাহেব মঙা অদু খুকউ লৈতানা মঙক নোন্দুনা লৈ—মদু উবদা টিকেন্দ্রজিৎ মাগী বাশক অমা থুংলে হায়দুনা নুংঙাইরম্মী। মহারাজ সনাতাংবলদা লেংশিনখ্রে—ময়াম পুন্নমকপু কয়বা ঈজীত ভৌই—কমনখ্রে—)

কুলচন্দ্র—চীফ কমিশনার মিষ্টর কুইণ্টন!

কুইণ্টন– য়েস্ ইয়োর হাইনেস্! (হৌগৎতে. মদু উবদা থাঙ্গালনা হৌগৎলু হায়বা ঈঙ্গীৎ ভৌই— হৌগৎলে।)

কুলচন্দ্র - হৌখিবা অহিংদা লাল হৌদুনা মণিপুর কোন্নুং লৌনবা হোৎনবা নহাক্কী হুকুমনি হায়বসি অচুম্বা ওইবনা নংবু

মতিক চাবা দণ্ড পীরোইদোবগী মরম করি লৈ ?

কুইণ্টন— নো ইয়োর হাইনেস্ পনিসমেণ্ট ফংবা য়াদ্রে।

( বামন চরণ বাহং অমসুং পাওখুম পুন্নমক হাঁয় )

কুলচন্দ্র—করি মরমগীনো ?

কুইণ্টন—ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টকী হুকুম যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু গিরফ্তার তৌনবা বাই এনি মিল্ল ট্রাই তৌরে !

কুলচন্দ্র—হুকুমগী চে ? ( কুইণ্টনবা চে লৌখোক্লুনা বামনদা পী—বামন চেহ্নু হাংদোক্লুনা য়েংলগা শ্রীযুৎতা চুম্মি হায়না হন্নংলি )
হুকুমগী চে অসি ঐণ্ডোম্দা উহন্দনা মী অমা ফানবগী দমক্তা ঐগী কোন্নুংদা হেক্তা লান্দাহুনা মরাল লৈতবা প্রজা কয়াগী মথরাই, মরল মথুম মাংহল্লু হায়বা গভর্ণমেণ্টকী হুকুমগী চে অসিদা য়াওদে ; মরম অহুনা মাংলিবা কায়রিবা পুন্নমক অসিগী দায়ী নাহাক্সি, মাহুগী দমক্তা প্রাণ দণ্ড পীরোইদবগী মরম লৈব্রা ?

কুইণ্টন—ঐ দোষ লৈত্রে, ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টকী হুকুম মতুংইল্লে, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফানেবা হোৎনেরে, মী শিবা মাংবা এক্সিডেণ্ট ওইরে, পুন্নমক ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টনা দায়ীনি।

কুলচন্দ্র—ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টকী হুকুমদি টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজবু ফাবতনি লাল হৌবগী রাদি য়াওদে।

কুইণ্টন—বাই এনি মিল্ল যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ গিরফ্তার তৌ হায়বা রা য়াওরে।

কুলচন্দ্র—ফরে ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টকী হুকুম করিগুম্বা উপায় অমনা যুবরাজ ফাগদবনি হায়বা অহুগী অর্থদা লাল তৌরবদি

করিগুম্বা খুদোংথীবদগী লাল অহুদা মায়থীহনা থরাই ফাওবা মাংবা য়াবা থৌদোক কয়া থোকপা য়াই হায়বসি লাল হৌদ্রিভৈ মমাংদা কমিশনার সাহেবতি খনবিহৌজ্রা ?

কুইণ্টন—To obey is my duty হুকুম ঙাক্লে শিবা ঐগী luck ওইরে।

কুলচন্দ্র—অহুদি নরাল অহুগী দমক্তা নংঙোন্দা প্রাণ দণ্ড পীরোইদবগী মরম করিনো ?

কুইণ্টন—ওর্ডর পীবা ইণ্ডিয়া গভর্ণমেন্ট ওইরে, মণিপুর গভর্ণমেণ্টনা গভর্ণমেণ্ট ওফ ইণ্ডিয়াদা দাবী তৌফম থোক্লে, ঐগী ইরাল লৈত্রে।

কুলচন্দ্র—হুকুম অহুগী অফ-ফত্ত পুন্নমক মুন্না থংলগা হুকুম অহু ঙাকপা লাকপা মী অহু হুকুম অহু তৌরক্লিবা গভর্ণমেণ্ট অহুনি অমদি নিপা অহুনি হায়না লৌবদা করি অমতা লান্দে। অহুগী মথক্তা মিষ্টর কুইণ্টনদি চুম্নগী লাম্বীগী জেনেরেল অমসু নত্তে, প্রদেশ অমগী চীফ কমিশনারনি, রায়েল থৌ-দাবা মপুনি ; গভর্ণমেণ্টকী হুকুম পাংথোক্লবা শক্তিগা লোয়ননা লাক্লবা চীফ কমিশনার অহুদি মাহাক্না মরী লৈনবা গভর্ণমেণ্ট অহুনি অহুনা অফ-ফত্তগী দায়ী পুন্নমক মাহাকীনি হায়না লৌবদা করি অরানবা লৈরি।

কুইণ্টন—ঐ রাফম অসি কনভিন্স তৌদ্রে !

কুলচন্দ্র—( টিকেন্দ্রজিৎতা ) যুবরাজ ! ( মথা চথৌ হায়না ঈদোত তৌই )

টিকেন্দ্র—সনা য়াথং ! মিষ্টর কুইণ্টন ! নাহাক্কী চিঠিদা ঐখোইনা

পাম্বা সর্ত্ত মতুংইন্না সন্ধি তৌসি হায়না হায়রকইবা অসি অচুম্বরা ?

কুইণ্টন—চুম্লে, অরেম্বদা মী শিগনি লড়াই তৌবগী দরকার লৈত্রে।

টিকেন্দ্র—অদু ওইরবদি হন্দক্কী লাল অসিগী দায়ী অপুম্বা নাহাক্কীনি; ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টনা হন্দক্কী থৌদোক অসিদা লৈবা শক্তি পুম্নমক চীফ কমিশনার নশাদা লৈ হায়বসি য়াফম থোকই।

কুইণ্টন—মতুগী রিজন্ ?

টিকেন্দ্র—লাল তৌবগী হুকুম পীবা ঙম্বা অমসুং অতোপ্পা মাইকৈগী অপাম্বা সর্ত্তদা সন্ধি তৌসি হায়বা ঙম্বা শক্তি অতুনা।

কুইণ্টন—রিজন্ অদু ঐ য়ারে, বট্ প্রাণ দণ্ড পীবা ঐ য়াদ্রে, বিকোজ ওর্ডর 'পুম্বা গভর্ণর জেনেরেল ওফ ইণ্ডিয়াগী ওইরে ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টতা রিফর তৌদ্রে এনি পনিশমেণ্ট ঐ য়াদ্রে।

টিকেন্দ্র—ফরে অদুদি নথোইনা মণিপুর যুবরাজবু দণ্ড পীরমদাইদা মণিপুর গভর্ণমেণ্টকদি তান্নখিব্রা ?

কুইণ্টন—Yes Your Royal Highness ; it was referred to Maharaj Surachandra Singh the then Maharaj of Manipur.

টিকেন্দ্র—মহারাজ সুরচন্দ্রদি মতম অদুদা বাদীনি মণিপুর সরকারগী মপু ওইদ্রে, মতম অদুগী মণিপুরগী মহারাজদি শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র সিংহজীনি, মাদুগী প্রমাণদি পোলিটিকেল এজেণ্ট মিষ্টর গ্রিমউডনা, মতম অমগী মহারাজ সুরচন্দ্রনা মণিপুর থাদোকলমদাইদা পীবা পাস অদুগী নকল অদু উরগা খংবা ঙমগনি, অদুগা এজেণ্ট সাহেব মশামকসু দরবার অসিদা হাজীর

তৌরি, মুখর্জী চে অদু উৎলু। (বামন পাগকী নকল অদু এজেন্ট সাহেবতা উৎলী) মাদু নাহাক্না ইথিবা মরোল নত্রা ?

গ্রীম—Yes Your Royal Highness I issued tbis passport.

টিকেন্দ্র—মরম অসিনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু ফানবা হোৎনবা অমসুং ফানবগী হুকুম পীবা পুন্নমক্তগী হৌনা লানবনা অরানবা থবকপু পাংথোক্লবা হোৎনরিবা আসামগী চীফ কমিশনার মিষ্টর কুইণ্টননা, মণিপুর সরকারনা য়াম্না মুন্না খল্লগা পীবা দণ্ড অদু য়াকম থোকই। (কুইণ্টন ওাইহাক খল্লগা)

কুইণ্টন—Yes Your Royal Highness I am now a prisoner of war. I want to refer to my Government to that effect. So cordially request Your Highness kindly to postpone the case for one week. হাপ্তা অমা মতম পীবা ফরে।

থাঙ্গাল— নিংথেম, ননাই ঐখোইদি মতম অসি পীজনিংদে, য়োৎতি শারিভৈদা য়ৈবা মওং তানবা।

কুলচন্দ্র—অদুম ওইনমক ইপু নুমিৎ হুমনিগী মতমদি পীথিসি, ফরে, ওসিদগী নুমিং হুমনিশুবগী অয়ুক পুং ১০ তাবা মতমদা দরবার অমুক ফমগনি। (মহারাজ কুলচন্দ্র, থাঙ্গাল, বামননচিংবা থৌগল লাকল পুন্নমক্তা লোয়ননা লেংশিনখ্রে)

টিকেন্দ্র—যাত্রাসিংহ সুবিদারগা তাদ অণোম নিংথৌগা অনিনা শীন্দুনা বন্দীশিং অসি খুৎলাই অমতা য়াওহন্দনা হাপ্তা বাঙ্গলাদা

ঐখোয়গী লাম্মীবু ঙাকহন্দুনা থম্নবা তৌবীয়ু; অদুগা ফিরিঙ্গিশিংগী খুৎলাই পুম্নমক খোমজিন্দুনা কোর্টগারৎতা য়ৌহনবীরকউ ঐ ঙসি হুমিৎ চুপ্পা কোর্টগারৎতা লৈগনি।

( টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ লেংখরে )

গিরিধারী—কমেশোন সাহেব হাপ্তা-বাঙ্গলাদা চৎনবা তৌরসি!

কুইন্টন—Yes let's go. ( গ্রিমউডনা মাং থাহ্না সাহেবশিং অদু চৎনবা খৌরাং তৌরক্লে—মাদু উবদা মপান্দা লৈরিবা মীয়াম অদু অমুক লাংবা হৌরক্লে, মকম মকম খুদিংদা ঙাংন-লাওনরক্লে "ঙসিগী বিচার অসি ঐখোই য়ানিঙ্দে" "ঙসিগী বায়েল অসি ঐখোই য়ানিংদে" অসুম্না লাংনরকপা অসি তাবদ দরবারগী থোংজিনদি কাহ্লোক্লগা সাহেবশিং অদু হেক চৎকদবা খৌতক তৌই, তাঙ্গা অসিদা মপান্দা লাওরকই— )

প্রজা অমা—লৈবাক প্রজাশা, লৈবাক্কী অঙম্বশিংনা মীহাৎপা সাহেব-শিং অসি হাৎত্রবনি, মখোইবু শোয়দনা কনগ্রগদবনি—, অদুনা ঐখোইনা হেক্তা হাৎলসে!

গিরিধারী—শ্রীযুৎকী সনা য়াথংনে লৈবাক প্রজাশা, হুমিৎ হুমনিদং ঙাইবীখো! এজেন্ট সাহেব ঐ মাং থাগে চৎলসি লাকও। ( গিরিধারী মাং থাহ্না চৎপা হৌরে মতম অসিদা প্রজা ময়াম অদু অমুক হৌরক্লে— ) "হাৎলো হাৎলো লৈবাক নিংথৌ ঙাইরগুমসি" অসুম্না লাউরম্লগা কোঞ্জাওনা চেনশিল্লক্‌না এজেন্ট সাহেবতা তানা থিল্লরে—সাহেবশিং অদু দরবার মনুং তাম্না অমুক চেনশিল্লকলে )

গিরিধারী—লৈবাক প্রজা পুম্নমক অমুক্তদি ঙাইবীখো কৈদৌবগে সাহেবশা চংউ কা অসিগী মনুংদা অরেম্বদা নথরাই মাংলগনি।

( সাহেব মরি অদু দরবারগী কা অমদা থোং লোনশিন্দুনা থমগ্রে— এজেন্ট সাহেবতি দরবার শং মনুংদা শিয়ে ) সুবিদার ! মফম অসিদা থর কন্না ঙাক শেনবীরম্মু এজেন্ট সাহেব শিবগী পাও অসি যুবরাজ অমুক্তা হঙ্গৎলুখিগে।

যাত্রা—য়াম্মা ফনি ইঙোবু। ( গিরিধারী চৎথ্রে—অরাপ্পদা থাঙ্গাল লাকপা উর্বুনা প্রজা ময়াম অদু অমুক লাংবা হৌরক্লে— ; থাঙ্গাল দরবার মনুংদা চংলক্লে )

থাঙ্গাল—যুবরাজদি সুবিদার ?

যাত্রা—কোর্টগারৎতা

থাঙ্গাল—করিগীনো ময়াম্মা অসুক লাংলিবা অসি ?

যাত্রা—লৈরিবা প্রজা ময়াম অসিনা ফুজিল্লক্কুনা এজেন্ট সাহেব হাৎখ্রে, থিংবা ঙমহৌদ্রে।

থাঙ্গাল—এজেন্ট সাহেব হাৎলবা ! ফরে—কনা লৈ ? ( লাম্বী অনি চংলকই ) এজেন্ট সাহেবকী অশিবা মশা অসি মপান্দা পুথোকখ্রো, চেকশিন্না থম্মু ! ( এজেন্ট সাহেবকী অশিবা মশা পুখ্রে ) অতৈ সাহেব মরি অদুদি ?

যাত্রা—কা মনুংদা থোং লোনশিন্দুনা থমলি !

প্রজা অমা—থাঙ্গাল জেনেরেল ! নাহাক্না ঐখোইবু হুংশিবিয়ু—ঐখোয়না রারিবসি উবিয়ু! ঐখোয়গী ইচা-ইশু শাগৈ নাতৈ ঙরাং অহিং লালদা শিখিবশিং অদুগী অশিব মশা অদু হৌজিক ফাওবা সংস্কার তৌদ্রি, সহেবশিং অদুবু হাৎত্রিবা ফাওবা সংস্কার তৌরোই হায়দুনা থমলি ; লৈবাকী অঙম্বশিংনা মখোইবু হাৎলরোইদবা লৈরবদি তাকপীরো।

থাঙ্গাল— লৈবাক প্রজাশা অমুক্তা তপথখো!

প্রজা 'মা—করম্না তপথগদৌরিবনো অঙস্বা! নাহাক্কীদি নচা শিদে নগু শিদে অহুনা মৈচাক অসি খংবিদ্রবনি, ঐখোইদি থরাই অসি পুবা য়াদ্রে; হৌজিকমক পীথোকপীরক্লো ঐখোই হাৎচরগে।

( ময়াম চংহুনা "হাৎলসে, হাৎলসে" লাওরকই )

থাঙ্গাল—অমুক্তা তপথখো হায়বনি—হিস্ রাখল অমতা তৌবা য়াদ্রে।

প্রজা 'মা— মতিকচানা মরাল লৈরবা সাহেবশিংনি মখোইবু হাৎপদা দোষ করি অমতা লৈত্রে। অহুগী মথক্তা অঙস্বা "শা মমাংদা অঙৌবা মকোক কেনগনি মহুতদা লৈবাক ঈংগনি" হায়বা পুরাণগী রাহু কাওবিরবরা ?

অতোপ্পা অমা সাহেবশিং অহু পুথোকপীরক্লো শা-মমাংদা হাৎলসে!

( 'হাৎলসে হাৎলসে— ময়াম চংশিন্নে' হায়বনা পুমলাং লাংখ্রে )

থাঙ্গাল—( মৌনিল অহু নমহৎহুনা ) অমুক্তা ঙাইখো হায়বনি! (ময়াম তুমিন লৈখ্রে ) তারিব্রা প্রজাশা! নখোইগী মরক্তগী খর চৎহুনা শংলিংবহু শা মমাংদা হৌজিকমক লাও হায়না পাও পীরু! ( ময়াম অমুক পুম্নাং লাংই—কনানা হায় 'য়াইকৌ' কনানা হায় 'নুংঙাইয়ু' )

থাঙ্গাল—( যাত্রাসিংদদা ) সুবিদার! বন্দীশিং অহু পুথোরক্লো।

যাত্রা—যুবরাজ সনা য়াথং য়াওদনদি --।

থাঙ্গাল—ইয়া ঐনা হায়রেদনা, মতম অসিদা যুবরাজগী য়াথং ঙাইবা য়ারিব্রা? লেংঙক্রবসু অসুম তাকপিররগদবনি।

যাত্রা—অহু --, সনা য়াথং অমতংদদি—।

থাঙ্গাল—ঐনা হায়রিবা অসিস্থ সনা য়াথংনিনে স্থবিদার।

(টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ লেংখিল্লকই)

টিকেন্দ্র— এঃ ইপু লৈরেদনা— হিরম খুদিংমক ইপুনা ফনবা থরা শীনবিরো, ঐহাক হকচাংস্থ কয়া ঙমদ্রে, পোৎথারুরগে।

থাঙ্গাল—সনা য়াথং (খুরুমই, টিকেন্দ্রজিৎ লেংখ্রে) তারেদনা স্থবিদার যুবরাজ সনা য়াথং!

যাত্রা—তাজ্ঞরে জেনেরেল! (অঙোম নিংথৌ, গিরিধারী চংলকই)

গিরিধারী—অঙম্বা! ঐ ঙরাংদগী করিগুম্বা অমতা য়াদ তারক্তি, চাক চখোম অমতা হুকচরুখিগে থীন্দনা অমুক হঞ্জরক্কে।

থাঙ্গাল—ফনি অঙোম নিংথৌ! (গিরিধারী চৎখ্রে) স্থবিদার! চৎলু বন্দীশিং অত্থ পুথোকলকউ।

যাত্রা—ননাই ঐবু ঙাকপীরো— হিরম অসিদা ঐ য়াওজররোই (খুরুম্মী)

থাঙ্গাল—উম্ নখোই পুন্নমক কিরে, চৎলো অকিবা মী মথৈ চৎলো! (যাত্রাসিংহ চৎখ্রে) উশবা লৈত্রো? (উশবা চংলকই) বন্দী-শিং অত্থ পুথোকলকউ। (উশবা অমুক চংখি) লৈবাক প্রজ্ঞাশা বন্দীশিং অসি নখোইগী নখুত্তা শিন্নরগদবনি নখোই-মক্কা থবক অত্থদি পাংথোক্কনু শংলিংববু পাংথোকহল্লু। (সাহেব মরি পুথোকলকই) শা মমাংদা পুরো।

কুইন্টন—ঐখোই কদাইদা চৎকনি জেনেরেল?

থাঙ্গাল—শংলিংবগী মখুৎ য়ৌবা তারে সাহেব, ঙসি নখোইগী হুন্মিৎ শুরে।

কুইন্টন—In the hand of executioner, ঐখোই হাৎপা তারে।

থাঙ্গাল—করি তৌগনি সাহেব ঐগী প্রজানা য়াদ্রে।

কুইণ্টন—প্রজানা য়াদ্রে ? হাঃ হাঃ হাঃ নোঙ্কিংবা রানি জেনেরেল Retrial তৌদনা হাৎপা তারে, Wonderful justice! I thought Manipuris are brave, generous and cautious but from to day the conception is reduced to ashes. The Manipuris are nothing but most backward tribe.

থাঙ্গাল—কমেশোন সাহেব!

কুইণ্টন—Yes, yes, I speak the truth খুৎলাই পায়দবা চংজরকপা মী হাৎলে, Is this your chivalry ? Is this your justice.

থাঙ্গাল—অসিগুম্বা থৌনা অসিগুম্বা আইনদি নখোইগী নোংচুপলোমদগী হৌদোক্লকপনি সাহেব ; কমেশোন সাহেব ঙসি নংনা উৎথিবা অঙাংবা নমিৎ, লাওথিবা থোন্দা অত্থু শংলিংবগী মখুৎতা তারবা অমনা ঈৎপা নৎলমজ্রবদি খংগদবনি—মণিপুরগী থাঙ্গাল কয়া য়াম্না থৌই হায়বা, অত্থুগা হৌজিকসু নথৌনা লৈরবদি—(মনাক্তা লৈবা লাম্মীগী মখুত্তগী থাং লৌত্থনা কুইণ্টনদা পীরগা) পায়য়ু চহি মরিফু শুগদৌরবা হন্নুরবা ঐগী পাঙ্গল য়েংউ, পায়য়ু সাহেব!

কুইণ্টন—হৌজিক মাত্থু য়েংবগী দরকার লৈত্রে।

থাঙ্গাল—হাঃ হাঃ হাঃ মাত্থুগী লিংজেল মতা অত্থুনসু মৈতৈবু নোক্লজবা শারি। ( থাং অত্থু লাম্মীদা অমুক পীখ্রে ) থংউ সাহেব নখোইবু থাংনা ককতুনা হাৎপগী দণ্ডমক পীবদি মতিক

চাদবনি খল্লি অহুবু মাহুদগী হেন্না লূম্বা দণ্ড মৈতৈনা খংদবনা মাহুতমক পীরবনি পুখ্রো চৎলো, সাহেব অসিগী মকোক ঐঙোন্দা পুরকউ।

কুইন্টন—ঙসি ঐখোই হাৎলে মনিপুর লোইরে মনিপুরগী থে ান্ মনিপুরীগী মখুৎতা কুইদ্রে ; I pity for you Manipuris, good bye General.

( প্রজা ময়াম লাওখোংবগা লোইননা সাহেবশিং পুখ্রে )

থাঙ্গাল—হাঃ হাঃ হাঃ নখোইনা ঐখোইগীদমক রাবিরি। ইং কুমজা ১৮৩৫ নোংগাখ্রবা মহারাজ গম্ভীরসিংহ সনাহাক্তকতগী ঙসি-ফাওবা চহি ৫৬ চুপ্পা ইংরেজগী মখুবাক্তা শান্নপোৎকুম মীনাই ওইবগী য়োংহিলিংনা থোং-খুং পুন্দুনা লৈরক্লবী পোক্লফম লমদম মনিপুরনি, ঙসিদগী য়োংহিলিং অহু নাম্বোক-লগনি, মীনাই ওইবা কোক্লগনি কয়াদা হুংঙাইরবা। ঙসি মনিপুরগী য়ুমথোং খুদিংদা পাইহল্লু কোরৌ নোংমদোল পক্লা জাতিগী ফিরাল, শক্কৎলু থোঞ্জেল রাংনা জাতিগী ঈশৈ, থাঙ্গৎলু মৈরিচাওনা মুৎলি মুৎলি তৌরুরবা আশাগী থাওমৈ, উহনসি পৃথ্বি শীম্থুংনা খংহনসি জগৎ'পুম্বা, ভারতকী নোং-পোক চিদাইদা পৃথিবীগী নন্দনকানন অমা লৈ, মফম অসিদা লৈরিবশিং অসি নত্তে গন্ধর্ব্ব নত্তে কিনোর নত্তে ইচম-চম্বা মী, সূর্য্যবংসদা পোকপা বীর ধনঞ্জয় অহুমশুবা পাণ্ডবপু মাইথীবা পীখ্রবা বীরশ্রেষ্ঠ বভ্রুবাহনগী লৈবাকনি নরসিংহ কয়া পোকখ্রবা লৈবাকনি, হৌগৎলু মৈতৈ পুন্নমক হৌজিক তুমহনা লৈবা মতম নৎত্রে লাও চীংতম অমতা ওইনা

পুন্দুনা হোংলুসি ইমাগী অনোবা ফিজোল কক্লুসি চল্লিবা মীনাই য়োৎহ্লিং।

( যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফিংনা লেংশিল্লকই )

টিকেন্দ্র—ইপু তারিবা রা অসি অচুম্বরা ?

থাঙ্গাল—করম্বা রাফমনো যুবরাজ ?

টিকেন্দ্র—অংগ্রেজ বন্দীশিং অতু হাৎপা তারে হায়রিবসি ?

থাঙ্গাল— অচুম্বনি যুবরাজ।

টিকেন্দ্র—কনাগী য়াথংনো ? শ্রীযুৎকী সনা য়াথংলা ইপু ?

থাঙ্গাল—লৈবাক প্রজাগী—ঐগী – যুবরাজগী য়াথং।

টিকেন্দ্র—করিনো হায়রিবা রাফম অতুবু—, করম্বা মতমদা ইপুনা ঐঙোন্দা তান্নবিখ্রবগে ?

থাঙ্গাল—ননাই ইপুদা 'ফননবা শীল্লু' হায়না তাকপীরম্বা সনায়াথং অতুগী মতুং ইন্না লৈবাক প্রজাগী মত লৌতুনা ননাই ইপুনা শংলিংবগী মথুৎতা সাহেবশিং অতু শিন্নখিবতনি।

টিকেন্দ্র—ইপু। করিনো নাহাক্না তৌরিবা অসিদে ?

থাঙ্গাল—ফিঙৎখিগনু যুবরাজ! অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি পংনা থোকলোইদবনি, খুৎ চল্লবা য়েক্নববু করিগীদমক্তা লেপ্পা থাগনি; ইংনা মনিং-মখা তন্না পানবা পামজবা মনিপুর প্রজাশিংগী মথক্তা মখোইনা মরম্ লৈতনা অহিংদা লোন্না লাল হৌতুনা খুৎলাই পায়দ্রবা হুপি-অঙাং, ষণ ব্রাহ্মণ, অশোল-অনা কয়াবু শা-ঙা হাৎপগুম নোংমৈনা থিংকাপ থিংকাপ কাপ্তুনা হাৎলগা ঐখোইনা করিগীদমক্তা মখোইবু মতিকচাবা দণ্ড পীরোইদৌরিবনো যুবরাজ ?

( নিপা অমনা অকণা কোক অমা পুন্না চংলকই )

নিপা—কমেশোনগী মকোক লৈরে আজ্ঞা।

টিকেন্দ্র—হাংলুরবা। মাংলেদনা ইপু করি ধর্ম্ম কৌবগে ?

থাঙ্গাল—কাওবরা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ। বিজাতি অংগ্রেজশিং অসিবু মপুংফানা মনিপুর সনা লৈবাক্কগী তাম্থোক্কুনা মনিং-মথা তম্বা মীথা পোন্দবা লৈবাক অমা নৌনা শেম-গৎকনি হায়বা নহাক্কী রাশক ; য়েংউ চহি ৫৬ চুপ্পা মীনাই-গুম্না লৈরুরবা, অংগ্রেজগী মথুক্তা শাম্নপোৎ ওইরুরবা মনিপুর ঙসিদি মনিং-মথা তম্লে, হরাওরো, শাগৎলো জগোই লাওথংলু খোঞ্জেল রা'না 'জয় মনিপুর মাতাগী জয়' 'জয় শ্রীগোবিন্দগী জয়।'

( ফম্বাক অদু মমখ্রে )

---

অনিশুবা মশীং লোইবা

# অহুমশুবা মশীং

## অহানবা উৎপা

### অয়ুক।

(কোম্নংগী সঙ্গাই মনুং, সনা তাংবলদা শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র লেংখিনি, অঙোম নিংখৌ গিরিধারী, জেনেরেল থাঙ্গাল অমসুং খোংনম অমগা লোইননা চিঠি পাবা তারি—)

গিরিধারী—অংগ্রেজ সরকারকে সাথ লড়াঈ ঝগড়া করনেকী হমেঁ ন তো পহলেহী ইচ্ছা থী ঔর ন অব ভী। আপকে আক্রমন্-কো রোকনেকী শক্তি ভী হমেঁ নহীঁ হৈ অংগ্রেজ সরকার-কে সাথ হমারী বহুত দিনোংসে মিত্রতা থী। সহসা রহ মিত্রতাকা নাতা টুট্ জানেসে হমেঁ অত্যন্ত দুঃখ হুআ হৈ। ইসিলিয়ে অন্যান্য কারণোংসে হম্ রাজধানী ছোরকর চলে জাতে হৈ। ভবিষ্যমে যদি ফির ভী আপ লোগোঁকে সাথ হমারা পহলেকা সম্বন্ধ স্থাপিত হোনেকী আশা হোগী তো হম পুণ আপ লগোংসে মুলাকাত করেংগে। অসিনি সনায়াথং মতুং ইন্না ইজরিবদি।

থাঙ্গাল—ঐদি অহানবগী রাফম'দু খংজহৌদ্রে অংগ্রেজনা করি হায়না ইরকপদগী ঐখোইনা রারোল অদু ইতুনা থাগদোরিবনো?

গিরিধারী অংগ্রেজনা ইরকপা অদু তাবিদ্রিবরা জেনেরেল?

থাঙ্গাল—ঐ তাজদ্রি।

গিরিধারী—অদুদি—পাজরকে তাবিয়ু—অব ভী অগর তুবুঁদ্ধিনে সাথ

ছোড় দিয়া হো তো আপ লড়াঈ ঝগরেকা বখেড়া ন বঢ়াইয়ে। আপ অগর হমারী শরণমেঁ আজায়েতো হমারে যহাঁ আপকে অপরাধোঁকা বিচার কিয়া জায়েগা হাঁ উসকা ফল ক্যা হোগা যহ হম অভী নহী বতা শকতে উসমেঁ আপ বচভী শকতে হৈঁ ঔর আপকী মৃত্যদণ্ড ভী পা শকতে হৈঁ পরন্তু যদি লড়েংগেতো নিশ্চয়হী মরেংগে।

জেনেরেল কোলেট্

কহিম', নাগা হিলস্।

থাঙ্গাল—নিশ্চয় হী লড়েংগে! মাতুগী পাওখুমদি অসিনি, শ্রীযুৎকা অঙোম নিংথৌগনা তাম্নরুনা ইবিরম্লিবা অতু ঐ পামজদে; পাংত্রবা অয়স্বগুম্না অসি থোক্কনি হায়বা খংনা খংনা তৌরু-রবা থবক অতুগীদমক্তা কৈনিংচিৎ কিতুনা করিগীদমক্তা মথোইদা চংজরুগদগে।

কুলচন্দ্র—ঐনা খনবদি ইপু, অরেম্বদা ঈ-তানহুনা মরাল লৈতবা প্রজা কয়াগী মথরাই মাংগদবগী শরুক নিংথিজনা তাইশিন্ন-হৌবনা ফব্রা হায়বা অসিনি।

থাঙ্গাল—শিথিসনু মাংখিসনু ইরৈবাক ইজাতিগীদমক্তনি, ইপুইনাই ঐথোইবু কয়া কুইনা হিংখিগদৌরিবনো? কনাস্ু অমর নত্তে, মীথা পোন্দুনা মীথোং পায়হুনা কৈ-খা নোনবা হুইগুম্না হিংগদোবগী শরুক ইনিং-ইথা তম্না কনাগীস্ু মথা পোন্দনা শিখিবনা শরুক লিশিং অমা হেন্না ফৈ।

গিরিধারী- অংগ্রেজগা মাইয়োক্নবা য়াবা ঐথোইগী ইপাঙ্গল ইথৌনা ওইগদৌরিবা মী অমদি খুৎশু-খুৎলাইবু কদাইনো?

থাঙ্গাল—চীংনা কোয়না পঙ্গাবা মণিপুর সনালৈবাক, মহোশা কৌবী লাইরেম্বীনা থুগাইবা ওয়রোইদবা লানবন্না কোয়শিন্নুনা থনম্লবনি, লানবন অসিগী অকোইবদা তারিবা চীংগী ইচিল ইনাওশিং, তমদা লৈরিবা ঐখোই, ইমা অমতগী মচা ঐখোই জাতি অনি অসিনা অমতা ওইহুনা পুম্নিডৈদা অংগ্রেজগুম্বা জাতিনা মণিপুরবু লৌবদি ওইখোক্তবনি। খুংকন-পাঙ্গল্লবা মচা ঐখোই পুম্নমক তেক্ত-কায়দনা লৈরি-ডৈদা পোক্লফম লমদমবু মীরৈবাক মচাগী মকমদা মীনাই ওইনা য়োম্ষোকপা মচা ঐখোইগী ইথৌরা ?

গিরিধারী—চীংগা-তমগা পুনবা য়াবগী প্রমাণ হৌজিক কাওবা উত্রিবা অসিদা—( যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ তাইরেন পোকপীগী নিংথৌগা চংলকই )।

টিকেন্দ্র—মাহুগী প্রমাণ ঐনা পুজরক্লে।

কুলচন্দ্র—( হৌগৎহুনা ) এ ইতাও নিংথৌ চংলকউ লাও, ঐখোই নাহাকপু উন্ননিংনা লৈরমলিবনি। ( কোয়বা )

তাইঃ নিংথৌ - ঐসু কুইরে ইতাওবু উন্ননিংবা। নখোই সাহেব হাংলে করে—, ঐখোইনা য়াম্না থাগংলে—, হাংকদবনি, মথৌ লৈতনা মীগী ময়মদা লাকপীরে মপুসু ওইনিংলে, তা-না লেংহুনা লেংহুনা হাংকদবনি ঐখোইগী চীংদা ময়ক ময়ক্তা থোকলে, ঐখোইগী চীংমী কাহুনা কাহুনা মখোইগী মী ওইনবা হোংনরে, ঐগা য়াম্না খংনরে।

থাঙ্গাল—খংনগদবনি, মখোইনা ঐখোইগী ইনিং তম্বা অসি থুগাইনবা

হোৎনরিবনি, ইতাওখোইগা ঐখোইগা মুংশিনদনবসু মখোইনা শীল্লিবনি।

তাইঃ নিংথৌ—শীল্লেনে জেনেরেল, মখোইনা হায়রে, নখোই চীংমী পুম্বা সাহেব ওল্লো—চীংগী নিংথৌ 'পুম্বসু সাহেব ওল্লো তলব পীগনি হায়রে, অতুগা অসিসু হায়রে চীংগা তমগা তিন্নগনু, চীংগী লৈবাক অমা তোঙান্না শেমলো মৈতৈদগী তোঙান্না লৈরো।

কুলচন্দ্র—ইতাওখোইনা করি হায়?

তাইঃ নিংথৌ—ঐখোয়না হায়রে—য়াম্না কুইরবদগী হোনা লৈবাক অমতদা পুন্না লৈমিন্নরক্লে মুংশিনরবা মরুপ ওইরে ইতাও কোনরে, অরিবা ঙাই থাদোক্তুনা ঙরাংদা লাকপা মীগা তিন্নবা পামদ্রে। ঐখোই নখোই মুংশিনরে নপা হাকতক ইপা হাকতক তিন্নরে থোইদিং পীবা তারে, খোইরু পীবা তারে নখোইদা পীগনি করিগী মীরৈপাক মচাদা পীগনি—, ঐখোই তোঙান্না লৈবসু পামদে।

কুলচন্দ্র—ফরে ইতাও নংগী নরা তাবদা য়াম্না পেল্লে, ইতাওখোই ঐখোই ময়াম অসিনা মণিপুর শারিবনিদো ইতাওখোইনা তোঙান ঐখোইনা তোঙান লৈনরবদি কদাইদগী মণিপুর ওইবা য়ারগদগে।

তাইঃ নিংথৌ—ঐখোইসু নখোইগী নপাল তাংলে ঐখোইগী ইপালসু নখোইনা তাংলে, তাংনগনি পাংনগনি মখোই সাহেবতি চংবা য়ারোই।

টিকেন্দ্র—হৌজিক ঐখোইনা সাহেবশিং হাৎতুনা মীরৈবাক মচাশিং

মণিপুরদগী তাম্থোকলুরে, মাহুদা মখোইনা শাওহুনা লান তারনি হায়রি অহুনা মখোইনা শোয়দনা লান তারক্লবদি কনাগী মীচং চংগনি ?

তাইঃ নিংথৌ—ঐ ঙসাই নংবু লম্বীদা হায়রে চীং অকোইবা অসি ঐখোইনা ঙাকনি, মখোই অমত্তা চংহল্লোই, কনাগী মপাল তাংদ্রবস্থ ঐখোই হিংবা ঙম্মে খংহনগনি, মীরৈবাক মচা চংহুনা মপু ওইবা য়ারোই ইনাও।

থাঙ্গাল—মানি নিংথৌ, মখোইনা মণিপুর অসি মখোইগী মখুৎতা থম্নবগীদমক্তা নখোই ঐখোই স্নুংশিনদনবা তিন্নবা য়াদনবা শীল্লিবনি অতৈ করিস্থ নত্তে ; মাসিদা নখোই ঐখোইনা পংহৌরে নহাক-ইহাকথক্তা নত্তনা আ চারোল শুরোল ফাওবা মখোইগী মনাই ওইহুনা মখোং শেংহুনা লৈরগদবনি।

তাইঃ নিংথৌ—চুম্মেনে মেঞ্জর নংনা হায়বা, ঙরাংদা লাকপা মখোইগা স্নুংশিনবগা নখোই ঐখোই স্নুংশিনবগা মান্নবা য়াদে, স্নুংশিনবস্থ ওইরোই, মখোই চংবা য়াদনবা নখোইগী নতেং ঐখোইনা পাংগনি।

থাঙ্গাল—শোয়দ্রেদনা নিংথৌ ?

তাইঃ নিংথৌ—ইনাওতনা মচিল শোয়বনি ঐদি শোয়দ্রি।

টিকেন্দ্র—এ য়াম্বা ঐ চিনথীবা নত্তে, মতম অসিনা কোন্নুং থাদোকপা য়াবা মতম নত্তবনা লাক্তবনি, ঐ লাকখিগনি ঐবু থাজদবা তৌগন্থু। ঙসি ফাওবা ঐনা হায়খিবা রা হোংগে খদ্রি।

থাঙ্গাল—যুবরাজনা হায়খ্রবদি লোইরে শোয়ররোই,—ফরে, হন্দক অংগ্রেজগা শোক্লগদৌরিবা লানফম অসিদা ঐখোইনা

মায়পাক্লবা থরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনখিসি মাতুগী মতুংদা ঐখোয় খ্বাই চংতুনা নিংথৌগী অপাম্বা অদু পাং-থোক্লবা তৌগনি। - অদুদি নিংথৌনা কদোমথংবা মায়কৈ পুবিগে হায়বগে?

তাইঃ নিংথৌ—নখোইনা হায়বদা তৌগনি, ঐগীদি হায়খ্রে। ঐনা থ'মপীগী খোংজাই নিংথৌ শিংলৌ উন্নগনি মা ঐগী ইনাওনি ঐখোই অনি পুল্লবদি য়াম্না হেন্না কনগনি।

টিকেন্দ্র—অদুগা লালওংতদি— অংগ্রেজশিংনা চংলকপদা খিংলুদবা, খিংলুরবদি অরেম্বদা প্রজা য়াম্না মাংগনি; মখোইনা লম্বী তংখাই য়ৌনা চংশিল্লবা মতমদা য়াম্বখোইগী লান্মীনা মখোইগী মতুং ইন্নরকপা সোমদগী ঐখোইনা তকথোক-লকপা মতমদা তুং-মাং চপ্তুনা কাপ্পা।

তাইঃ নিংথৌ –শিংইদা ইনাও, মাদু য়াম্না ফরে, শোয়দনবা ঐ হোৎনরগে।

থাঙ্গাল—খাগা অরাংগদি কমদৌবিরে যুবরাজ?

টিকেন্দ্র—ঐ মাইকৈ খুদিংগী'চৌং য়োজরুরে, মওং অসি চৌংগী নিংথৌ পুন্নমক্তা শিন্নরম্লে, মখোই পুন্নমক ঐখোইগী ইতেং পাংগনি হায়তুনা হরাও হরাও য়াহৌই, অদুদা ঐনা খজিক্তুং চিংন-বদি মখা পলেন মাইকৈ অসিতনি, অন্নাদা লৈবা অচৌবা অংগ্রেজগী লাম্মী অদু মাইকৈ অসোমদা থাজিল্লকপা য়াই। মফম অতৈদি, ঐনা শিল্লম্বা লালওং অসিদা শোক্লরবদি অংগ্রেজনা ইম্ফাল য়ৌরকপা মতিক নপ্তে।

কুলচন্দ্র—অহু দি—ইপুখোইগী পুক্নিংদা অংগ্রেজগা লাল মথেংনরগে হায়না লেপ্পীরেদনা ?

থাঙ্গাল—মাহুগী পাওথুমদি নিংথেম—নয়াম্বুং ইবুংঙো সুরচন্দ্রনা মণিপুর থাদোক্তি নৈঁদা হঙ্গৎচখ্রে অমুক নৌনা হঙ্গৎচনিং-ঙাই লৈজদ্রে।

কুলচন্দ্র—অহুদি তাদ ঐখোইনা থাখিসি হায়না ইরিবা চিঠি অহু থাদবা তারেদনা ?

গিরিধারী—ননাই ঐগীদি—সনা য়াথং অসুম কৈ হায়না তাকপিবা অহুতা—।

থাঙ্গাল—সনা পুক্নিংদা চিংনবিগনু নিংথেম ! মণিপুর সনা লৈবাকী ফগ্রাল অসিগীদমক্তা থরাই থাগে হায়না প্রজা পুম্নমক রাশক-পরৈ চেৎখ্রে। রাশক-পরৈসি থোক্তনা লিংজেল লৈতবা মৈতৈনি ঙাংথোকখ্রবা রাফম ঙাকপা ওমদে হায়বা অসিতদি থোকহনগুমসিনে নিংথেম।

কুলচন্দ্র—ঐনা খনবদি—খৎন-চৈনা তৌদনা তাইশিন্নবনা ফব্রা, ফরে অহু মঙাইরে, ময়াম্না লাল শোক্রবা পান্নবনিনা ঐসু য়ারে ; অহুগা থবক্তি থীল্লে মাইকৈ মায়কৈদা লাম্মী থাবা হোবা য়ারে।

টিকেন্দ্র—ননাই ঐখোয়না শোয়দনবা হোৎনজরগনি অজ্ঞা !

কুলচন্দ্র—অহুদি ঐ চংলগে, ইতাও নিংথৌ পোৎথারুরসি লাকও !

তাইঃ নিংথৌ—ইনাও, জেনেরেল ঐ পোৎথারুগে।

টিকেন্দ্র—ফরে য়াম্বা !

থাঙ্গাল—পোৎথারুরো নিংথৌ। (কুলচন্দ্র মহারাজ ভাইঃ নিংথৌগা লোয়ননা লেংশিনখ্রে।)

থাঙ্গাল—অদুদি থিম্বগী কান্নদ্রে, নিরঞ্জন হিন্দুস্থানী সেনাপতি হাপতুনা অন্নাংদা থারসি, নীলমণি আয়া পুরেল, শামুসিং লুরাং নিংথৌ অনিবু কর্ণেল হাপ্তুনা তোংজেমরিলদা অদুগা সনা য়াইস্কুল লাকপবুনা মখা মাইকৈদা থারসি।

টিকেন্দ্র—আয়া পুরেলসু মখারোমদা থাবনা ফৎলোইদ্রা ইপু?

থাঙ্গাল—ঐনা হঙ্গৎলিবা অসিনা ফরগনি যুবরাজ, মীশকশিং অসিগী মতিক-মঙম ঐ য়াম্না মুন্না খংই। ইপু ইনাই ঐখোই হৌজিক চাইথোক্তুনা পানা থুদিংদগী মী খোমহুনা অনৌবা লান্মী তেঙ্গোল খরা অমুক শেমগৎতবা য়াদ্রি; হৌজিক ঐখোইগী লৈরিবা লান্মীশিং অসিনা মশিং রাৎথরকপা মতমদা অমুক খোমজিন্নবা।

গিরিধারী—মাহুসু য়াম্না ফবা রাক্ষমনি, মাহুগী মমাংদা অমুক্তা লেপ্পবাখো ঐখোইগী লানবন শাগদবা মক্ষমশিং অদু।

টিকেন্দ্র—এ মাহু হায়রগা নিংশিংলকই—, কনা লৈ? (লান্মী অমা চংলকই) বামন চরণ কৌরকউ। (লান্মী থুকম্নগা থোকখি)

থাঙ্গাল—সনাথুৎকৌসু সনাথুৎকৌনি, ননাই ইপুনা য়াৎলিবা অসিসু অমুক্তং সনা মিৎয়েং তাবিয় (নক্সা অমা পুথোক্তুনা উৎলি)

থাঙ্গাল—তোংজেমরিল অসিনা তাইরেল পোকপীদা লানবন অমা শাবা, তোর্ব্বুং মাইকৈ অসিনা, থোংজাংগী ঙুপ্লেন নিংথৌদা ইবুংঙোনসু তাকপিরম্মে হায়রবনিনা লাঙ্গাবা

থরতমক থারসি, অরাং অসিনা মপ্রেল মখ্রেমৈ ময়াদা লানবন শাবা অত্থগা পলেন মাইকৈগীনা তেংনৌপলদা শাবা।

টিকেন্দ্র—তেংনৌপল ফাওবসি লাঞ্জাবতমক থাজিন্সি, লানবন্না খোং-জোমদা শাসি, মখোইনা লৌশিপাৎ লান্দুনা ঐখোইগী লানবন থুগাইবা অরাইবা ওইনা থোক্লোই ; অতৈ পুম্নমক্তি ইপুগা ঐগা চপ মান্নরে। (থৌদল পাও পুবা লান্মী চংলকই)

লান্মী—কেরানীদি হঞ্জিল্লক্তবা ঙসি মঙানি শুরে হঙ্গৎলকই।

টিকেন্দ্র—ও চেনখ্রবা ?

লান্মী চিঠি অসি লম্মাংদোংদগী মুপী অমখক্না যুবরাজদা কৎচরকপনি হায়দুনা লম্মাংদোংগী ননাই অমনা কৎচরকই।

(চিঠি কৎশিল্লি)

টিকেন্দ্র (চিঠি পাল্লগা) তাও ইপু—বামন চরণ রসিকলাল কাছাড়তান্না চৎলি—ঐ মখোইগী মতুং ইন্নরি—চেকশিন-বীয়ু—ননাই অমা,—ননাই অমা, (লান্মীদা নং চৎলো, বামন চরণগী কাদা লৈবা চে-হুং অমত্তা চিৎথদনা পুরকউ হায়য়ু। (লান্মী থুক্কল্লগা চৎখি)

থাঙ্গাল—অসিনিদো, ননাই ইপুনা মখোয় অসি থাজবা য়াবা নত্তে হঙ্গৎপদো !

টিকেন্দ্র চুম্মি ঙসি মঙানি শুরে মহাকপু উদবা !

গিরিধারী—শ্রীযুৎনদি মশা ঙমদত্থনা লৈ হায়না সনায়াথং তাকপি-বনি।

থাঙ্গাল চেনখিবা য়ানবা হঙ্গৎলম্বা তারে !

টিকেন্দ্র—কাছাড় শোয়দনা য়ৌরম্লগনি !

থাঙ্গাল—নিপা-খোংনিনঃ শোয়দনা য়োরম্লগনি।

( মাইমু চে-ন্থুং পুত্থনা চংলকই)

টিকেন্দ্র—( চেশিং অদু য়েংলগা ) অসিনা লোইরব্রা ?

মাইমু—লোইরে অজ্ঞা।

টিকেন্দ্র—ইস্। মাবু থাজরুবা অসি ওম্থোক্লা লানখ্রেদা!

থাঙ্গাল—করি মাংখ্রবগে যুবরাজ ?

টিকেন্দ্র—মণিপুরগী নিংতম্বা মাংখ্রে ইপু। হৌজিক মতম লৈত্রে, থীন্থবা য়াদ্রে নৎত্রবদি ঐখোইগী জয় আশা উত্রে ইপু।

থাঙ্গাল—অতুদি হৌজিকমক লাম্মী কাংলুপ অমা মাইকৈ অসোমদা থারসি।

টিকেন্দ্র—অত্থদা ইপু—!

থাঙ্গাল—কাম্লত্রে যুবরাজ হৌজিক অত্থম্না শুংনাংবগী—(মপান্দা লৈবা বিউগল খোংবদা ) বেঙ্গুল খোংগৎলু লাম্মী পুম্নমক শেম শাহল্লু লানগীদমক্তা। ( বিউগল খোংখ্রে ) ;— হৌজিক ঐখোইগী লম্বী অনিথক লৈ—শিবা অমদি থবক পাংবা! রা ভাংনগদবগী মতম লৈত্রে ; যুবরাজ, অঙোম নিংথৌ ঐখোই অহুম্না পুকচেল শেংনা ইরৈবাক্কীদমক্তা ওম্বা মথৈ হোৎনসি—ঐ ঐনা ফৈ হায়না থনবা থবক্তু তানবা লৈতনা পাংথোক্লবা হোৎনরসি! কনা লৈ ? ( লাম্মী অমা চংলকই। নুংত্থম অহুমথক পুরকউ। ( লাম্মী নুং অহুমথক পুম্বক্লে অওম্বা অহুম থাং-চিক্তুনা নুংথক্তা ক্লেপ্তুনা বাশকৈ )

## বাশক

"ইরৈবাক ইজাতিনা মীখাপোন্দনবা হোৎনবদা থরাই থাবা তারবসু খোংফম অমা নিংহন্নরোই, হেক নিংহন্নগে খনবদা শ্রীগোবিন্দনা সাক্ষী ওইসনু।"

টিকেন্দ্র – জয় পোক্লফম লমদম মণিপুরগী—জয়, জয় শ্রীগোবিন্দগী জয় ॥ ( য়াইফ খোম্থাংসিগা লোয়ননা ফবাক্তু মমখ্রে )

---

## ২শুবা উৎপা।

### অয়ুক পুং ১০ তাবা মতম

( ফা মমাং—লানগী ফিজোলশুনা শেৎলবা মৈতৈ লান্মী মপৈন। পরেং পরেং লেংলহুনা লৈরি, প্রজাশিংনসু লম্বীগী নাকল অনিমক্তা ফিঙৌ ফৌবশুম পৈহুনা লৈরি—বিউগল খোংগৎলক্লে যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ, জেনেরেল থাঙ্গাল অমসুং অঙোম নিংথৌ গিরিধারী মাগী মাগী ফমগী মক্তিক চাবা ফিজোল শেৎতুনা চংলকই—লান্মীশিং অদুবু য়েংলুরে, মীপুম খুদিংমক্তা উপদবা মফম অমদা টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল অমসুং গিরিধারীনা খোংগল ভোহুনা লেপ্তুনা লৈখ্রে শ্রীগোবিন্দগী নির্মাল্য, সিন্দুর, ধুপ-থাওমৈ পুশিল্লক্লে—সেনাপতিশিং অদু চংশিল্লক্লে পণ্ডিতশিংনা পীবা খেনফম চপ চানা সেনাপতি বোড়িথরে লান্মী পুম্নমক্তা লাওরক্লে "জয়—শ্রীগোবিন্দগী—জয়, জয়—পোক্লফম মণিপুরগী জয়"—অদুদগী টিকেন্দ্রজিৎনা লান্মী ময়াম অদুগী পুক্লুং খোগৎলকই— )

টিকেন্দ্র – মুংশিরবা মৈতৈ অকন-অথৌ য়াম্বশিং পুন্নমক ! ঙসি ঐনা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ কুলচন্দ্রসিংহগী সনায়াথং কোকতা থোং অমদি শ্রীযুৎকী ওইনা নখোই খ্বাইগী নথুৎতা ইরৈবাক ইজাতিগী নিংতম্বা শিন্নজরবনি। হন্দক মণিপুরগী মথক্তা হৌরকইবা লাল অসি সাম্রাজ্যবাদী অংগেজশিংনি, লৈবাক পাম্বনা ঙাওরবা হিংসাবাদী অংগ্রেজগী মথুৎতগী ইরৈবাক ইজাতিবু কন্নবা চংশিল্লিবা লানফমনি। অসিগুম্বা লানফমদা থরাই পাম্মুদবা হায়বা অসি মৈতৈ ঐখোইদা অনৌবা নত্তে, মরম অসিনা ইজাতিগী মুংশিজরবা প্রজা পুন্নমক্না লানফম অসিদা অংগ্রেজশিংবু মাইথীবা পীদুনা মখোইগী লম-তানশিন্নিংবগী রাখল অসি মরুফংনা ফুকতোকসি। অকোনবদা ঐনা নিংশিংজরিবদি—ইরৈবাক ইজাতিগী মানসন্মান ঙাক্নবা হোৎনবদা থোংফম অমা নিংহন্নদনা থরাই থাবা ঙম্বা শ্রীগোবিন্দনা থৌজানবীবা ওইসনু !

জয় শ্রীগোবিন্দগী – জয় !

জয় পোক্নফম লমদম মণিপুরগী জয় !

( খোন্নাও অসিগা লোয়ননা লান্মী পুন্নমক চৎপা হৌরক্লে– চৎনা চৎনা ঈশৈ শকৎলক্লে— )

ঈশৈ

হৌগৎলো চৎসি অথৌবা মরুপশা

হোংলো লানফি পায়খৎলো খুৎলাই,

য়ারুসি লানফমদা য়েক্নবা মাইরোং

ঐখোইবু থিংবা কনাস্মু ঙমলোই ;

রাৎতবা লৈবাকনি অকনবা পোকপীনি
খুৎকন-পাঙ্গলবা অথৌবা কয়া
লৈবাক অসিদা পোকখিবনি।
লাওখৎসি হৌনা নোংশাগী লাল্লাও,
খিল্লমসি মাংদবা মিংচৎকী উরোং ;
ঙাকলমসি ঐখোইনা জাতিগী মিংচৎ
পোক্লবদি শিবা ময়েক্লা তাবনি—
ঙসি ঐখোইনা কনাবু কিগনি,
পাইহনসি জাতিগী মিংচৎকী ফিরাল্
পক্লা রাংনা আতিয়া থক্তা॥

( ঈশৈ অসিগা লোয়ননা লান্মীশিং চৎপা হৌখ্রে—মাতুগা লোয়ননা কম্বাক অহু মমখ্রে )

## ৩শুবা উৎপা।

### সুমিদাংরাইরম

( সঙ্গাই মনুং—শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজ, থাঙ্গাল অমসুং গিরিধারী নক্লা অমা শায়রদুনা লানবল শানবগী মফম খন্নবা লোইরদুনা নক্লা অহু থাঙ্গালনা পায়রগা হন্জংলকই )

থাঙ্গাল—সনা য়াথং অসি ননাও ইবুংঙো যুবরাজদা খংহন্নরগা সুনা য়াথং মতুংইন্না শীন্নবা হোৎনজগে। ( টিকেন্দ্র খোং শেক্লা

শেক্লা মাইমুদা শোৎথুনা চংলক্লগা থুরুম্মী ) এ যুবরাজসু য়োরক্লে—; নয়াম্বুং সনা য়াথং অসুম তাকপিরি—, ( নক্না ভিংথোক্ত্না ) খা, অন্নাং অমসুং নোংচুপ মাইকৈদা লাঞ্জাবা পুন্নমক থাখ্রে— , ঐখোইনা থন্নবা মফমশিং অত্থুদি য়েক্লবনা থুত্থুম চল্লম্লগদবনিনা ঐখোইরোমদা থন্না থন্না হঞ্জিল্লক্লুনা ঐখোইগী তেঙ্গোল শাবা।

টিকেন্দ্র—ফরে ইপু, সনা য়াথং তাকপিরিবা মওং অত্থুদা য়েংবা হায়বত্থুনি।

থাঙ্গাল—তাঞ্জা অসিদা যুবরাজগী হকচাং ঙম্লক্তবা অসিদি—।

টিকেন্দ্র—ঐগী অসি অকনবা অনাবা নত্তে ইপু! শগোল তোংলবদি করিসু তৌরোই খোংনা চৎপদা থরদং হুংঙাইতে—অসিদনি ইপু। ( থৌগল পাও পুবা লান্মী অমা চংলকই )

কুলচন্দ্র—করি পাওনো ?

লান্মী—থৌগল পাও অসি থৌবাল অথোকপমগী লানৃফমগীনি অজ্ঞা।

কুলচন্দ্র—অংগ্রেজ থৌবাল অথোকপম য়োরবা ?

লান্মী—থৌবাল অথোকপমগী লাল অঙকপগী মশক ফংখ্রে য়েক্লবা 'পূম্বা তুম্না হাৎলম্লগা— শগোলদগী তাত্থুনা শিগদোরবা অংগ্রেজ অমগী মথুৎতা—নপাবুং ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপা নোঙ্গাখ্রে। য়েক্লবা মঙাখকতং হিংখি—মথোইত্থু ফাবা নংহৌদ্রে চেনথিবনা হানখ্রে।

কুলচন্দ্র—( খুদাদগী লেংখৎথুনা, নেৎলম্বা খুদোল লৌথোক্ত্না ) পাবুং য়াইস্কুল লাকপা নোঙ্গাখ্রবা!

থাঙ্গাল—মতিক-মগুণ, মথৌনা লৈবা নিপাশি, লানফমদগী মায়ওন্দনা শিবা ঙমখি—, মানি শিবা তারবদি অসুম্না শিগদবনি।

গিরিধারী—ঐখোইগী লাম্মীদি ?

লাম্মী—ঐখোইগী লাম্মী তংখাই অমা মাংখ্রে অরেম্বা লাম্মী পুন্নমক খোংজোম তান্না চৎথ্রে; সেনাপতি অমতংগা থুংগু থুৎলাই লাম্মী থরদংগা থাবিনবা সনা চরণদা হঙ্গৎলু হায়-দুনা ননাই ঐ থোগল পাও পুজরক্লিবনি।

কুলচন্দ্র—কনা থাগনি ইপু ?

থাঙ্গাল—ননাই ঐসু থঞ্জরমলিবনি।

টিকেন্দ্র—সেনাপতি অমথক্তা থাগুমসি ইপু মথাগী অসি থরা কনবা তাই, অদুনা পাওনা, চোংথামিয়া, য়েংখোইবা অদুম অসিমক মেজর জেনেরেল হাপ্তুনা থারসি।

গিরিধারী—মখোই হৌজিক কৈগুমশংদা লৈরিনি।

টিকেন্দ্র—লৈত্রে থাদোকখিবা কুইথ্রে; সনা য়াথং অমতংগা লোইন-রবদি ননাইশিং অদু য়াম্না হরাওনা য়ারক্কনি।

থাঙ্গাল—সনা য়াংথংবু লৈরবদি অতৈনা অমুক চৎলুবগী কান্নদে, থীনবা য়াবা নত্রবনিনা সনানাক অমুক য়োরক্ত্রবসু লাম্মী, থুংগু-থুৎলাই পুন্নমক পুদুনা ময়ুমদগী যাত্রা তৌজনবা অঙোম নিংথৌনা সনা য়াথং অদু পুদুনা চৎপীরো।

কুলচন্দ্র—ফরে তাদনা ফনবা শীনবীরো! (অঙোম নিংথৌ গিরিধারী খুরুমগা চৎখি; তাইরেনপোকপী নিংথৌ চংলকই) কৈদৌরে ইতাও নিংথৌ তন্না অমুক হল্লক্রবদে ?

তাইঃ নিংথৌ—চৌংগী মী 'পুম্বা মৈতৈগা তিন্নরোই হায়রে।

টিকেন্দ্র—করিগী তিন্নরোইদৌরিবা ?

তাইঃ নিংথৌ—সাহেবকা লান তৌনবা মখোই পামদ্রে হায়রে—, ঐনা কয়া হায়রে সাহেবকী মনাই ওইবদগী মৈতৈগা মরূপ ওইবনা হেন্না ফৈ—, অদুদা মখোই অমতা য়াদ্রে— ; ঐদি নখোইদা য়াওগনি হায়খ্রে ; ইথন্তা ওইরবসু য়াওগনি হায়দুনা লাকপনে !

থাঙ্গাল—অরাবনি—, চীংগী ইচিন-ইনাওশিংনা মৈতৈগা তিন্ননিংদবা অসিদি ; ওম্বোক্লা রাখল থেল্লিদা ইচিন-ইনাওশা।

কুলচন্দ্র—ঐখোইনা শীল্লম্বা লালওং পুন্নমক কায়রেদনা !

টিকেন্দ্র—কায়রবা হায়বদু মঙাইরে অজ্ঞা। অদুদি ইপু লালওং অমা তৌরসি ; ঐখোইগী অরৈবা লাম্মী, খুৎসু-খুৎলাই পুন্নমক অসিগা লোয়ননা য়াইঙংপোকপীদা নাথৈদুনা লৈরসি অদুগা অতোপ অতোপ্পা মাইকৈদা থাখ্রিবা লাম্মী-শিং অসিনা য়েরুববু অমুক থিংবা তৌদনা থাজিলহল্লক্রসি হায়বদি চীংগী মীবু ভুংলোমদগী তকশিলহন্সি হায়বদু ঐখোইগী লাম্মীনা ওইরবা।

থাঙ্গাল—হিঃ কদাইদগীনো যুবরাজ য়েরুবনা কোন্নুং চংহনা কিল্লা পায়থ্রবদি মখোইবু অমুক তাম্বোক্লবা হোংনবদা ঐখোইগী শক্তি পুন্নমক অরেম্বদা মাংলগনি, অদুনা ঐখোইগী জয় হায়বদু থাজবগী রাংমদা লৈখ্রগনি।

তাইঃ নিংথৌ—নখোইদি অসিদা থম্নদুনা লৈরে য়েরুবদি খৌবুম তম্পাক য়ৌহৌরবনি।

কুলচন্দ্র—য়েরুবা খৌবুম তম্পাক য়ৌরবা ?

তাইঃ নিংথৌ হান্নগী সাহেবকী কেরাণী অদুস্ যাওরে ?

থাঙ্গাল—রসিকলাল কুণ্ডু।

তাইঃ নিংথৌ —হো মাস্ন য়াওরে—মখোইগী মীদি য়ামখ্রে।

টিকেন্দ্র—কান্নদ্রে ইপু থবক পুন্নমক মীনা হানখ্রে, শ্রীযুৎকী খোগল তৌদুনা খাবম পানাদা চৎপীরো মফম'দুগী প্রজা পুন্নমক খোমদুনা অনৌবা লান্মী মপৈ অমা শেম্নীরুরো।

থাঙ্গাল—লালওং অদুবু যুবরাজ !

টিকেন্দ্র —থবক খুদিং মীনা খুমাং চাওশিনদ্রে ঐখোইগী লমূ য়ামদ্রবনি ইপু। খাবম পানাদা ঐখোইগী মী য়াম্না লৈ লম্বীখোং ফৈ, অদুন করিগুম্বা খুদোং চাদ চাদ্রগা মফম অদুদগী অমুক অনৌবা লাম্থোং শীন্দুনা য়েক্লবা মায়য়োক্লবদা ঐখোইগী থ্বাইদগী ফবা পাম্বে ওইগনি। (লান্মী অমা চংলকই) মাইকৈ কদোমদগী করি পাওনো ?

লান্মী—অরাং লোমগীনি অজ্ঞা, য়েক্লবনা মরামদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরে, মরক মরক্তা কাপ্পবা হৌরে, য়েক্লবগী খুৎলাইনা য়াম্না হেন্না ফবনা অমদি খুদোং ফবা চীংমাইদা লৈখিবনা ঐখোইগী লান্মী চংশিনবা শুমদ্রে মফম অদুদা কুইনা লৈরবদি খুদোং থীরগনি হায়দুনা কারোংফাওবা ঐখোইগী তেঙ্গোল হন্দোকলক্লে।

টিকেন্দ্র —ফরে চৎলো। ( লান্মী চৎখ্রে )

ইপু থীল্লে শ্রীযুৎকী খোগল তৌদুনা যাত্রা তৌনবা খেনফম য়েংবীরো।

থাঙ্গাল—যুবরাজ নণাই ইপূদা সনাকোম্নুং ঙাকপগী থৌদাং অতৌতদি পীনৌগবা।

টিকেন্দ্র – ইপু, নশু লৈরি থোইনা চিংনবীগনু

কুলচন্দ্র—কোম্নুং অসি থাদোকলম্বা তারবা! ইবুধৌশিংনা শেমগৎ-লম্বা সিংহাসন অসি থাদোকলম্বা তারবা।

টিকেন্দ্র—অজ্ঞা, ইপু-ইনাই ঐথোইনা তাল্লিবসি মনিপুরগী সিংহাসন অসিবু নত্তে, ইরৈবাক ইজাতিনা মীথা পোন্দবা হায়বা অতৌতনি।

কুলচন্দ্র—ইপা ইপুনা শেমগৎলম্বা সিংহাসন অসিগী মর্য্যাদা ঙাকপা ঙমদবা তারবা! ইপা ইবুংঙো পাংত্রবা রাখল থেল্লবা নচা-শিংদা সিংহাসন শিন্নবীরম্বনা মসিগী মগুণ ঙাকপা ঙমদ্রে, ইপু! শ্রীগেবিন্দজীউদি?

থাঙ্গাল—অস্তুক য়াম্না নীংবা কায়বিরিবা অসিবু করিগীনোনে নিংথেম? মাইকৈ খুদিংগী লানফম অমতদসু ঐথোইনা মাইথীদ্রি, কোম্নুংদগী লেংথোকসি হঙৎপদি হায়া ঐথোইগী খুভম অমতং শেমহৌনবগী দমক্তনি।

কুলচন্দ্র—থংলে ইপু! হন্দক্কী লানফম অসিদা ঐথোয়গী জয়—থাজবগী রাংমদা লৈখ্রবনি, ইহাকথক অসিদা মনিপুর মতম কুইনগী দমক্তা মীথা পোল্লগদবনি।

থাঙ্গাল—নোংমতংদা ওইরবসু কনাগী মথা পোন্দনা মনিংমথা তম্না মনিপুর সনা লৈবাক্কী সিংহাসন্দা লেংথৎলম্মী হায়বা সনা মিংলেন অসি মনিপুর ইতিহাসতা সনাগী কান্নিনা য়েক্তনা লৈহৌরগদবনিদো নিংথেম।

টিকেন্দ্র—মরৈবাক মজাতিগী দমক্তা মথরাই খুবাক্তা লাপ্তনা হোৎনরম্মী হায়বা অসিদগী হেনবা মিংচৎপু করি অমুক লৈরমখিগদগে! লাইবককফবনা ইরৈবাক ইজাতিগী সেবা ইচিল-ইনাও ঐখোয়না ফংজরে, মসিদি সিংহাসন লিশিংদগী হেন্না মমল য়াম্নবনি; য়াম্বুং সনাপুক্লিং শোম্বীগম্নু লানকমদগী মাই ওন্দনা শিবা ঙম্বা অসিতা নিজসি শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা।

থাঙ্গাল—চিন্তা থাদোকপিয়ুনে নিংথেম; শ্রীভগবাননা মীওইববু চাংয়েংবা মতমদা মুংঙাই য়াইফবদা খক য়েংবিদে, অরাবদা লংশিল লংশিল্লগা চাং য়েংলিবনি, হন্না হন্না খুদোংথীবদা তারগা অরাবা অতুক্কী মতিক নংলগা মীওইবগী থম্মোইদা মঙাল অমা ফাওরক্কদবনি—মাহুতনি তাইবং মীওইবনা তাম্নরিবা, কাওবিগনুনে নিংথেম, ইপু-ইনাই ঐখোইগী সনাতনধর্ম্ম ফংনবা লম্বী লাপত্রবনিনে ইবুংঙো।

কুলচন্দ্র—চুম্মি ইপু ঐ রাররোই, শ্রীগোবিন্দগী সেবা শোয়গনিকো, ইয়াম্বগী বরদগী সিংহাসনগী অমদি ইরৈবাক্কী সন্মান ঙাকপা ঙমজোকো—ইপু! চৎনবা তৌরসি! (মহারাজ কুলচন্দ্র সনাখোংলেংখ্রে তাইরেনপোকপী নিংথৌ থৌগল তৌখ্রে। থাঙ্গাল সিংহাসন ময়াদা চংশিনখ্রে নিংথৌরোন কয়া থৌগঞ্জরক্লবা থাঙ্গালনি সিংহাসন অতুবু অরোইবা ওইনা খুরুম্‌লয়্রে অতুগা অঙাওবঙুম থোরকই—টিকেন্দ্রজিৎকা মপু মনাই অমুক বিদায় তৌনরে—থাঙ্গাল চৎখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা অঙোমনিংথৌ গিরিধারী চংলকই—)

গিরিধারী—যুবরাজ! পাওনা, য়েংখোইবা অমমুং চোংথামিয়া অহুম

অসি থৌরাং তৌহৌরে, মখোই পুম্নমক হয়াও হয়াও য়ারকই ।

টিকেন্দ্র—ফরে তাদ, মখোইনা পুননবা খুৎশু খুৎলাই লাম্মী পুম্নমক থৌরাং তৌবিরুরো !

গিরিধারী—যুবরাজনদি মখোইবু য়াম্না থাজবিরি অদুবু ঐদি ওমজদে, মরমদি মখোই অসি অমরোমদা খল্লুরবদি অতোপ্পা মী হায়বদু—,

টিকেন্দ্র—নত্তে তাদা, মখোই ঐখোইগী মী মক্তনি অদুগী মথক্তা মখোই মরৈবাক মজাতিবু মুংশিবা মী মক্তনি. মথৌনা মরিংজেলস্ খ্বাইদগী তোপ তোপ্পনি ।

গিরিধারী—অহোয় যুবরাজনা থাজবিরবদি অদুমগাই ।

টিকেন্দ্র—নোংমৈ তোপ, খুৎশু-খুৎলাই অফ অফবা খন্দুনা থানবা তৌম্বীয়ু মাইকৈ অদোমদা বর্ম্মা কলম য়াওরক্লি য়াম্না কনগদবা মফমনি, লেংবিরো ।

গিরিধারী—ফনি যুবরাজ ! ( চৎখ্রে )

টিকেন্দ্র—করম্বা মাইকৈদা লুচিংবা কনা লাক্লমগবা, মসিতং খংলবদি মুংঙাইখ্রগনিদা ! ( নক্সা ফাক্তুনা য়েংবা—লাম্মী অমা চংলকই ) হায়য়ু করি পাও ।

লাম্মী—অজ্ঞা অরাংলোমগী চীংমী পুম্নমক অংগ্রেজগা মীচং ওইখিদুনা নারোম্দা লাক্লগা মৈতৈ লাম্মী তুম্না হাংখ্রে, মৈতৈ লানবন কায়রে ।

টিকেন্দ্র—মৈতৈ লানবন কায়রবা—নং চৎলু অঙোমনিংথৌদা

সনাকোমুং ঙাকহৌরো হায়য়ু--ঐ অরাংগী লান্নকমদা চৎলে।

( যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ লেংখ্রে লাম্মী অতম্ু চৎখ্রে। কথাক অতু মমখ্রে।—অঙোমনিংথৌ গিরিধারী অহিং কয়া নুংথিল কয়া মিৎলেং থাংতুনা চাদ-থজনা কোঙং অসি ঙাকপগী য়াম্না চোক-থনা উই—হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈরম্মী, মথম মনা ইফা ফারবী মাইপাকপী লমথাং চৎলকপগী চোকথবনা মথোং থাংব বারবা ফিভমদা চংলকই )

মাইপাকপী—যুবরাজ! যুবরাজ!

গিরিধারী—নহাক কনানো, করি হায়নিংবা লৈবগে সুপীমচা?

মাইপাকপী—লৈবাক্কী য়াম্না কান্নগদবা পাও অমা—; যুবরাজ কদাইদা লেংখ্রবগে?

গিরিধারী—করি পাওনো হায়য়ু?

মাইপাকপী—অংগ্রেজ কম্যাংদোং তারক্কদৌহৌরে—, হৌজিকসু মতম লৈরি মৈতৈ লাম্মী চামরি চামঙাদং নিংথৌখোংদা থৈদুনা থগ্নীয়ু—মখোই চুমভ্রিং কোমুং য়োনবা চংলকনি, মতম অতুদা লাম্মীশিং অতনা তুংলোমদগী তকশিল্লক্রবদি নোংচুপ মাইকৈ ঐখোইনা শোয়দনা ভমগনি। মখোই অদোমদা লাম্মী লৈবগী রা খন্নহৌদ্রে।

গিরিধারী—য়াম্না ফগ্রবা পাউনি; ঙাইথো--নংনা লাকপদা মৈতৈ লাম্মী লাঞ্জাবশিং থেংনরমজ্রা?

মাইপাকপী—উন্নজরম্মী; ঐনা রাফম অসি হায়রুবদা ঐবু থাজ-দবনরা—, যুবরাজগী সনা য়াথং য়াওজ্রবদি হায়রে, অতুগা চিঠি ওইনা কৎপীরু হায়বসু য়াবিদ্রে, অতুনা ঐ খোংনা

চেঙ্গরক্লবনি, খীনবিরগনু অঙম্বা হৌজিকমক শগোল তোংবা লাল্মী চামদং য়াংখৈদং ওইরবসু থাবীয়ু মাতুনা য়াম্না কায়-গনি—, তোংজে মরিলগী লুচিংবনা মেজর মেক্স্‌য়েল অরাং লোমগী জেনেরেল কলেট অতুগা মখা রোমগী লুচিংবনা জেনেরেল গ্রাহাম কৌই, মখোইনা ঙাংনবদগী খংলকপনি মথাগী অরাংগা কলহল্লগা নোংচুপকীদি কল্লবসু—মৈতৈ লাল্মী থরতনিনা খা-অরাং ঙাকপা হোৎনরিঙৈদা নোংচুপ-কীনা ইহান হাম্না কোম্নুং পায়গনি হায়।

গিরিধারী—মুপীমচা নংবু কনানো? নংগুম্বী মুপী মচা অমগী থৌনানা অম্মুক রাম্না লুখ্রবা রা অসি করম্না থংলুরিবনো?

মাইপাকপী—ইরৈবাক ইজাতিগী দমক্তা থরাই হকচাং পুম্নমক কৎখ্রবী মুপী মচা অমনি—মাসিত্তমক থংবীয়; মতম লৈত্রে অঙম্বা থবক পায়ননবা হোৎনবীরো।

গিরিধারী- অতুবু ওস্তোকপনি ইবেম্মা মফম অসিদদি কোম্নুং ঙাক্লবা লাল্মী ৫০দগী হেম্না লৈত্রে, খাবম পানাদা লাল্মী থরদি লৈরমগনি, অতুবু অরাবদি ঐ নত্তনা কোম্নুং ঙাক্লবা কনা অমত্তা লৈত্রে অতুনা ঐ খাদোকতুনা চৎপা য়াদ্রে!

মাইপাকপী—ঐবু খাজবিরবদি ঐঙোন্দা থবক অতু পীনবীরবা য়ারোইদ্রা অঙম্বা?

গিরিধারী—নংমু খাজদবা—! নংগুম্বী থৌনা ফবী মৈতৈ চনু অমদা মণিপুর কোম্নুং শিম্নদনা কনাদা শিম্নগদগে ঐনা খল্লুবদি নহাক্লা লৌবিরোইদ্রা অসিত্তনি।

মাইপাকপী—ইয়াইবক ফবনি! থরাই থাবা কাওবা অঙবনা শীয়বিরম্বা ইথৌ অসি পাংনবা হোৎনজরমগে।

গিরিধারী—কনা লৈ? (লাম্মী চংলকই) সুবিদারদা হায়য়ু অসিদা লৈরিবী ইবেম্মা অসিনা ঐগী ইহুৎশিন্দুনা কোর্টপার্ট অমসুং কোম্নুংগী ভার লৌরবনি—, মাগী হুকুম ইনগদবনি।

লাম্মী—ইঙোবু। (লাম্মী চৎখি)

গিরিধারী—ইমা নংগী নখুৎতা মণিপুর কোম্নুং শিময়য়বনি, মৈতৈগী ইকাই খুম্নবা ঙাকউকে।

মাইপাকপী—থরাই থাহুনা ইরৈবাক ইজাতিগী ইকাইখুম্নবা ঙাকপা ঙমজবা বর পীনবীরম্মু। (থুরমই)

গিরিধারী—মুংঙাইরে ইবেম্মা ইপা চৎনুথিগে। (চৎখ্রে)

মাইপাকপী—মীওইনা পোকপদা অসিদগী হেন্না মুংঙাইবা অসিবু কদাইদা লৈরমথিগদগে, অরাম্বা, খৌয়াংবা অপাম্বনা কদাইদনো! কেনিংবা, চাওখোক্নিংবা, শক্তী নাপলনা কৈদনো! নিংবা থুংদবা কাইনবগী মৈচাক্না মকম কদাইদা চৎখ্রে! পুন্নমক অরেম্বনি পুন্নমক মীনম্বনি ইশাবু ইশানা নমথাক তৌজবনি পুকচেল পিকপা উৎপত্তনি। হন্না হন্না অন্নাবা তারগা খুদোংথীবা নংলগা পুক্নিংগী পাজল হেনগৎলকই, অশেংবা লম্বী চৎলকই, ঐগী হায়বহ্ কাওরকই, তেংবানবা মশক খংলকই—, অসিনি পুন্সি, অসিনি মীওইনা পোকপগী তোংজবা। (লাম্মী অমা চংলকই)

লাম্মী—ইবেম্মা য়েক্নবগী তেন্দোল ইম্ফাল তমলকলে; খোংজোম লান্দা পাওনা মেজর ভুথরে—খোংজোম লানবন কায়রে।

মাইপাকপী—অতুদি থ্‌ঙই পুন্নমক শেম শাহন্নু যেন্থুল খোঙ্গৎলু নোংমৈ মচাক হাঞ্জিল্লু ( লাম্মী খোকগ্রে ; যেন্থুল খোঙ্গৎলকলে ) মৈতৈগী ইবুং ইপুরা পুন্নমক। থরাই থাবা পাম্মুবীন্নু, পোক্লবদি শিবা শোয়ত্রবনি অতুগুম্বা অশিববু লম্মল তোন্দুনা লৈরবা ঐখোইনা ইরৈবাক ইঙ্গাতিগী দমক্তা থরাই থাবদি চংনা স্বর্গ কাবগুম্বনি অসিদগী হেন্না লাইবকফবা অমুক হন্না ফংলরোইদবনি। মৈতৈগী তৌবগুম্বা থৌনা, লৌশিং পৃথ্বা শীনবা থুংনা উৎলমখিসি, থংহল্লমসি তেংবানবদা লৈরিবা মীওইবা জাতিবু—পাংদবা কিগনবা মীগী মীথা পোনবা হৈবা জাতি নত্তে হায়বা থৌনা হাপ্পীয়ু লিংজেল ফুদোকপীয়ু য়েক্লবা চাম চামগা মৈতৈ অমমমদংগা পাগদবনি, মৈতৈ পোকপা ইপা ইপুদি শাফম লানফম অমতদসু মায় ওন্দুনা চেনখিত্রি, ঐখোইসু মখোইগী মচা মগুনি, ঐখোইনা করিগী দমক্তা মায় ওন্দুনা চনগনি, চেনবিগন্নু, নিংহন্নবীগন্নু নোক্লা নোক্লা ইরৈবাক ইঙ্গাতিগী দমক্তা থরাই থাসি—, লাওথ্‌ৎপীয়ু খোঙ্গল রাংনা "পোক্লকম লমদমগী- জয়" "জয় মণিপুরসনা—লৈবাক্কী - জয়" নোংমৈ কাপলক্লে ) য়েক্লবা কোয়শিল্লক্লে, গুলি কাপলো। ( নোংমৈ কাপই ) অতুনি—হমাং তৈথোকপিগন্নু, অরাবা থংবিগন্নু থরাই থুবাক্তা হাপ্তুনা হোংনবিয়ু। নিপা থৌদাং য়েংবীয়ু। ( টিকেন্দ্রজিৎ য়ামা থামা চেনশিন্নকই—, কা অতু য়োৎনা লেপ্পা ঙমদতুনা তুথগ্রে ) কনানো ?—এ যুবরাজ। ( কৌবা থুমগ্রে ) যুবরাজ রাজগ্রে, কনা লৈ ? ঈশিং থর পুরকউ, ( লাক্সী অমনা ঈশিং

পুন্থনা চংলক্কই, ঈশিং অহু মিৎ মায়দা চাইয়ে, হুমাই হুমহুনা সেবা তৌবি—, জ্ঞান তারহুনা মিৎ পাংথোকলক্লে )

টিকেন্দ্র—কনানো ?—মাইপাকপী !

মাইপাকপী—ননাই ঐনি—, সনা খূৎকী মাংখিবা নক্সা।

টিকেন্দ্র—নক্সা ! নংনা ! মুপিমচা নংনা হুরাল্লক্লিবা ! সাবাস !—কদাই অঙোম নিংথৌদি ?

মাইপাকপী—খাবম পানাদা লাম্মী লৌবা চৎখ্রি—ননাই ঐনা সনা কোম্নুং ঙাকচরি। ( নোংমৈ কাম্না লেপত্রি )

টিকেন্দ্র - নংনা সেনা নেত্রী ওইহুনা কোম্নুং ঙাকললমলিবা। সাবাস মৈতৈ চনু ! নংগুম্বী মৈতৈ চনূনা য়ুমথোং খুদিং লৈরক্লবা মতমদা মৈতৈ লৈমনা পৃথিবীগী জাতি খুদিংমক্কী মকোক থোংগনি –; চৎলো ইবেম্মা ঐনা লাকপা মাইকৈ অসোমদা থোকখ্রো য়েক্লবা লৈহৌদ্রিবনি— ।

মাইপাকপী ননাই ঐগী ইথৌ লোইজদ্রি –সনা কোম্নুং কনবা নৎত্রগা থরাই থাবা।

টিকেন্দ্র—লানবন অসি য়েক্লবনা কোয়থ্রবনি, ঙাকপা ঙম্লরোইদবনিনে মুপিমচা ! ঙম্লরোইদবা অহু হোৎনহুনা করি কাম্নগনি— ? চৎলো –, লানবন অসিগী মপান্দা ঐথোইগী থবক য়াম্না লৈরি—, হোজিকস্নু জয়গী আশা লৈরি— ! চৎলু ঐ থিন্দোকপীগে। ( হোগৎকে তৌই—ঙমদহুনা তুথরকই, মাই-পাকপীনা শৌই )

মাইপাকপী—সনখ্যাগী ফিভম অসিদা ননাই ঐবু করম্না লানবন অসি থাদোক্নুনা চৎকদগে ?

টিকেন্দ্র—লৈরিবা লান্মীশিং অসিগী মথল্লাই কন্দবা য়াত্রিবনি চৎলো খিন্থরগনু ইবেম্মা।

মাইপাকপী—সনা য়াথং ঙাকত্রে হায়তুনা ল্লারোবীগনু—ননাই ঐ মফম অসিদা থল্লাই থাজরগনি।

টিকেন্দ্র—যুবরাজগী য়াথংনি—নাহাক সেনা নেত্রী নৎত্রা ঐগী হুকুম ইল্লু -চৎলো হৌজিকমক চৎলো, চৎলো হায়বনি হুপিমচা।

মাইপাকপী—সনা য়াথং। (খুকম্নগা চৎখি)

টিকেন্দ্র—নোংমৈ কাপ্পা লেপ্লো। লানবন অসিদা লৈরিবা লান্মী পুম্নমক মপান্দা খোক্লবা হোৎনখ্রো। (লান্মী পুম্নমক খোকখ্রে টিকেন্দ্রজিৎ নত্তনা কনা অমত্তা লৈত্রে; ফিরিঙ্গি অমা চংলক্কুনা অংগ্রেজগী ফিরাল থেৎলৈ—টিকেন্দ্রনা নারোম্দা চেনশিল্লক্কুনা ফিরিঙ্গিবু থাংনা খিন্দুনা হাৎলে) খংলব্রা হুই! টিকেন্দ্রজিৎ হিংনা হিংনা মাগী মমাংমক্তদা ব্রিটিশকী ফিরাল মণিপুরদা পায়হনগে হোৎনরি। (থাংথাংনা ফিরাল অদু য়ানথৎলে, কণ্থাক অদু মমথ্রে)

---

## ৪শুবা উৎপা।

### অয়ুক

(সড়ক অচৌবা—অংগ্রেজগী সিপাহী অমা চংলকতুনা মী পুম্নমক্না উগদবা মফম য়েংহুনা নোটিশ অমা থেৎলম্মী—, নিপা অমা চংলকতুনা নোটিশ অদু পারি—)

নোটিশ অসিনা মরম ওইহুনা মণিপুরগী প্রজা পুম্নমক্না খংহল্লি

মাহুদি-মহারাজ কুলচন্দ্র হৌজিক মণিপুরগী নিংথৌ নত্রে। মণিপুর ব্রিটিশ সরকারগী মখুৎতা লৈরে। মণিপুরগী কনাগুম্বা প্রজানা ইংরেজ সরকারবু শীংনরবা অমদি মহারাজ কুলচন্দ্র, থাঙ্গাল জেনেরেল অমসুং যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনচিংবগী মীচং ওইরবা অমসুং মখোইবু চংজফম পীরম্লবদি, অদুগুম্বা প্রজাশিং অদুবু হাৎপগী দণ্ড পীগনি। অদুগা মথক্তা হায়খ্রিবা মীকোক অহুম অসি ভারত সরকারগী য়েক্লবনি হায়না ইংরেজ সরকারনা লৌরে—মরম অসিনা হায়রিবা মীকোক অহুম অসিবু ফাহুনা পীবা ডম্বা অমদি মখোয়গী লৈফম তাকপা ডম্বা মী অদুবু ভারত সরকারনা মনা চাওনা পীগনি অমসুং মতিক চাবা অচৌবা ফম ফাওবা পীগনি। অদুগা মাসিমসু খংহল্লি—হায়রিবা মীকোক অহুম অসিনা মশা মশাগী মরাল মশানা খংজহুনা ভারত সরকারদা চংজরক্লবদি মখোইদা পীগদবা মরাল অদু থর য়াংনা পীগনি। ইরোই-লোইবদা—হৌজিক মণিপুর প্রজাশিংগী মরক্তা নোংমৈ, থাং-তানচিংবা মী হেক শিবা য়াবা খুৎলাই য়াম্না লোংহুনা থমলি হায়না লৌরে, অদুনা অসিগুম্বা খুৎলাইশিং অসি ওসিদগী হাপ্তা অমগী মনুংদা মণিপুরগী মপু ইংরেজ সরকারদা লান-খৎকদবনি, কনাগুম্বনা থৌওইদহুনা খুৎলাইশিং অসি থনম্লবা অমসুং মখোইগা কোম্নবা ফারবদি চহি তরুকতগী তাদনা কারাদণ্ড পীগনি করিগুম্বা মফমদা লৈবাক অসিদগী তাম্থোকপগী দণ্ড ফাওবা পীবা য়াই। ইতি—

সহি/সেণ্টজোন্ মিট্চেল্,
ফোর. কাউণ্ট মাইকেল্
এড্মিনি কোম, মণিপুর।

( নোটিশ পাব্রিঙৈদা নুপাগী কিজেং শেংপী মাইপাকপী চংলক্লুনা মুন্না ভাই—, পাবা হেক লোইবদা — )

মাইপাকপী —ইচিন্নাও ! নহাক খংব্রা, কুলচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল হায়রিবা মীকোক অহুম অসি ফাহুনা পীশিবা ?

নুপা —নং মণিপুর অসিদা পোকপরা ?

মাইপাকপা—মানি—কৈদৌরবগে ?

নুপা—হায়রিবা নিপা অহুম অহুনা তৌথিবা শবক অহু করিনো খংব্রা— ?

মাইপাকপী—করিগী খংদনি—অংগ্রেজগী মথক্তা লালহৌবনি লৈবাক ইরাং হৌহনবনি, অহুনা মখোইবু ফাহুনা পীশি হায়রিবনি ।

নুপা—উম্ ন্যাহাকুম্বা মী অসি মণিপুরদা মশিং য়ামলম্বা তারে, অহুননি ঙসি মৈতৈনা মায়থীরিবা ।

মাইপাকপী—ইয়া—ইচিন্নাওবু হৌজিক্তা নোটিশ অসি পাবিখ্রিবা নত্রা ? হৌজিক ঐনা ফাহুনা সরকারদা পীরবদি— ।

নুপা—অচুম্বা রা খরা'সি হায়রুবগী নংনা অহুক মুংঙাইত্রবদি—, নংসু মৈতৈনি—ঐসু মৈতৈনি ফাও পীয়ু দণ্ড ।

মাইপাকপী—রা ঙাংবদা মতুং খরা চেকশিল্লু, ঐদি ফাজরোই কনাগুম্বনা তাখ্রবদি খুদোং চারোই চংপিরো। ( নুপা অহু চৎখ্রে) হৌজিক ফাওবা মৈতৈগী থম্মোইদা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবগী ঈচেল কংদ্রি, চেল্লকখিগনি নোংমদি ইচাও ওইনা।

( নোংমৈ পায়বা সিপাহী অমগা রসিকলাল চংলকই )

রসিক—হায় নিপামচা ! নংঙোন্দা রা হংগে !

মাইপাকপা —করিনো ?

রসিক—বদমাস্ অজ্ঞা হায়দে, নং ঐ'সি কনানো খংব্রা ?

মাইপাকপী - অজ্ঞা সেক্রেটারী !

রসিক - গুড বোয়, নং মহারাজ কুলচন্দ্রগী লৈকম খংলে ?

মাইপাকপী—খংই অজ্ঞা !

রসিক—নং খংলে, সাবাস্ ! হায়রো কদাইদা লৈরে, মনা চাওনা পীগনি— ;

মাইপাকপী—ঐ তাংদাংবদি হায়বা ঙমদ্রে, নংগী সিপাই অসিবু অমুক্তা হান্না য়েংহনবীরু ; য়েংঙোই আদ লৈরিবা য়ুম অসিগী নিপা অসি রান্না মুন্না খংবনি ।

রসিক—য়ান্না করে চৎসি ।

মাইপাকপী—নত্তে নত্তে সিফাই অসিবু কৌথোকহল্লগা মক্ষম অসিদা হংসি নম্রবদি চেনখিবনা হানগনি !

রসিক—করে—তুম যাও, উস্ ঘরমে যাকর উস্‌কে মালিকো য়াহাঁ বুলা লাও ।

সিপাহী - আচ্ছা সাহেব --( চৎখি )

মাইপাকপী—সাহেবশিংনা লাল ঙম্বা অসি অজ্ঞা সেক্রেটারীগী নপানদগীনি হায় চুমব্রা ?

রসিক—গুড বোয় ! কনানা হায়রে ?

মাইপাকপী—লৈবাক্না ঙাংনৈদনা ।

রসিক—লৈবাক্না ঙাংনরে ? চুপ্পে, ঐ সাহেবকী নমক চারে, ঐ নমক হারাম ওইদ্রে, ঐগী মপু সাহেবকী খবক নিংথিনা তৌরে অহুনা লাল ঙম ওইরে ।

মাইপাকপী—অদুনদি মতম কুইনা অজ্ঞা সেক্রেটারীগী লম্মল তোল্লে।

রসিক—বেস নং অশিংবা অতাংনি। চুপ্পে, মৈতৈনা ঐখোইবু লুনা তৌগনি।

মাইপাকপী—অদুদি অরোনবা রা অমা নাকোংদা হায়গে।

রসিক—হায়রো। (মাইপাকপী থাং অমা কিদুংবগী পুথোরকপা অদু রসিকলাল উৎরে, থাপ্পা হল্লোকখ্রে) ইয়া—থাং নখোই মৈতৈসি করম্বা জাৎনো, মুপাদগী মুপীনা হেন্না থৌনা ফবা মুপীদগী অতাংনা অমুক হেন্না থৌনা ফবা, মী হাৎপবু শাম্নবগুম খনবা—করম্বা জাৎনো খংবদি পীরে হায়বদি ওমল্লে—। (চেনখ্রে)

মাইপাকপী—হাঃ হাঃ হাঃ লিংজেল মতা অদুনসু জাতি অমবু মাংনবা পীগ্নি, মাদুগী লম্মল শিংননবা ওসিদি ঈশ্বরনা থুদোং চাবদ পীনবীখ্রে—অদুবু খংগ—নংনা পোক্লকম লমদমবু মাংননবা পীনখিবা, মরাল নৈতবা প্রজা কয়াগী মথক্লাই মরল মাংহনখিবা, মৈতৈ জাতিবু থীনা চৈখিবা অদুগী লম্মল নোংমা নৎত্রগা নোংমা শিংখিগদবনি। (কথাক অদু মথখ্রে)

---

## শেৱা উংপা।

### মুংশিল

( মৈতৈ মুমতাওগী নুমুম থাদি—কমজাও, খুদা কমুং পোংলম ডন্না থাদি, খুদা অহূগী মথক্তা টিকেন্দ্রজিৎ হিগুনা মৈ—মাইমুনা লেবা তৌরি, অকপা থাখল অমা থমূখদগী মংওই-হাওই— )

টিকেন্দ্র—মাইমু! য়াম্মুংগা ইপু থাঙ্গালগা অদি অহূ করম তৌরে হায়না তাখগে?

মাইমু—ননাই ঐ সনা নাক্তগী হেন্দোকচল্লি অজ্ঞা।

টিকেন্দ্র - চুম্মীনা—ঐ ভাব অম তৌরুরে—, অবোক খোইদি?

মাইমু—সনাখ্যানা হা-নবা ঙা অমত্তং খিরুনি অহূগা ইয়াংনু রেংঙকনি হায়না লেংথোকখ্রি। ( টিকেন্দ্র হিপলখদগী তপ্না তপ্না হৌগৎলকই )

টিকেন্দ্র—ঐবু সৌরো লাও, ঐ চৎপা ঙম্‌্রা রেংগে।

মাইমু - কদাইদা লেংগদৌরিবনো?

টিকেন্দ্র--ঐ ত্তিংখং মথক্তা হিগ্নবনিনে মাইমু, ঐগী ইথৌ অমত্তা পাংথোকপা ঙমদ্রি, ঐ হৌজিক হিগুনা লৈবা মতম নত্রবনি।

মাইমু—লেংখৎপীখিগনু অজ্ঞা, ঙসি হৃমনি ওয়ে নুক হা-দবা, অপোম্বগী মনিলনে সনা হকচাং অহূনু মৈ-মুক শাই মাইবনমু লাইহৌ লৈরি হায়রম্মী।

টিকেন্দ্র —অংগ্রেজনা কোমুং চংব্রেকো মাইমু—, মণিপুর মীথা

পোল্লবা। টিকেন্দ্রজিৎনা শেমগৎলম্বা টিকেন্দ্রজিৎকী থৌরাং মং ওইগ্রবা অয়েম্বা তারবা!

মাইবু—কল্লিগী অয়েম্বা তাগদগে অজ্জা, হৌজিকসু সনাখ্যাগী সনা হকচাং কয়কপদা ভাইহনা লৈরি।

টিকেন্দ্র হৌজিক কাওবা মৈতৈগী থৌনা হল্লিবা ঐ কয়কপদা ভাইহনা লৈরিবা—? চৎলু মাইবু ঐগী শগোল শাবোং হাপকৎলু—ঐ নাব ফরে। ( টিকেন্দ্র হৌগৎকে ভৌই ওমদহনা ভুথরকই )

মাইবু—( ভাকুনা ) সনাখ্যা ইবুংঙো ওসি নিনি হমনিদদি ভাইবিথো কৈদৌবগে। য়েরুম্বগা মাইয়োল্লবা য়ানবা সনা হকচাং খজিক্তং কয়নবা হোৎনবিথো, পাজল য়াওদনা কয়য়া য়েরুবা মায়য়োল্লগদৌরিবনো?

টিকেন্দ্র—ঐগী কোক অসি ভাওরে, ঈশিং থয়া য়ৈবু। ( টিকেন্দ্র হিপথৈ-ঈশিং লৌরহনা লবাইবা বৈ—)

মাইবু হয়েংদি—অনাবসি থর করগনি হংচিংভি লেংথৎপা ওরগনি। ( টিকেন্দ্র ভপ্পা হৌগৎতুনা হংভাইতনা )

টিকেন্দ্র—ইথৌ পাংথোকপা ওমদবগী মৈচাক অসি সুমিৎ হমনি অমসু থাংথিবা তাল্লিবা। ( শাস্ত্রী অমা চংলক্লুমা থুমই )

টিকেন্দ্র—হায়যু ইপু থাজালগা য়াম্বুংগনা লাল-হৌবহ জয় ওইরবা?

শাস্ত্রী—অজ্জা। ( মথা ভাজিতৈনা মরক থৎতুনা )

টিকেন্দ্র—য়া—জয় ওইরে, হাঃ হাঃ হাঃ জয় ওইরে—, মৈতৈগী মথুৎতা অংগ্রেজ মাইথীরে—, চৎলো—থোকচোম লৈকাইদগীনা সনা কোম্বুং য়েৌবা ফাওবা চন্দননা ইকুল

কাও, মুমথোংখুদিং থোঙ্গাল খুদিং মঙ্গল ঘট লিংখৎহন্নু নৈগী দোলাই অনি শেম্মু—, য়াম্মুংগা ইপু থাঙ্গালগা ঐ নাব হংবা লেংলকনি, করি তৌরি মাইমু থীল্লেনে—, চৎলু রাজাই বেঙ্গুল শুনা খোংহুনা লেংথরকদবনি হায়না হঙ্গৎলু! পাও পুরকপা লাম্মী, ঐনা নংঙোন্দা মনা চাওনা পীগনি, মেজর ওইহনগনি।

লাম্মী—অজ্ঞা ননাই ঐনা হঙ্গৎচগদৌরিবদি—,

টিকেন্দ্র—হায়য়ু করিগী নরু লুকথরি—, করি—? অসুক মুংঙাইরবা মুমিং অশিদা করিগী নমিংতা ইরা, নরু লুকথরিবা অহনা করিগীনো? হায়য়ু লাম্মী ঐনা পীবা কম অসি পেন্নিবরা? জেনেরেল ওইনিংব্রা?

লাম্মী—অজ্ঞা নয়াম্বুং ইবুংঙো, থাঙ্গাল জেনেরেল—,

টিকেন্দ্র—মখোইন ওগ্রে, মখোইনা জয় ওইরে—তারে থংলেনে—,

লাম্মী—য়েরুবগী মথুৎতা বন্দী ওইখ্রে—,

টিকেন্দ্র—করি, করি হায়রবা? য়াম্মুংগা থাঙ্গাল জেনেরেলগা অনিবু য়েরুবগী মথুৎতা বন্দী ওইখ্রবা—হা, মৈতৈ নখোই পুন্নমক্লা অমত্তবু কনবা ঙমহৌদ্রবা—, অহুদি চৎলু, নখোই শেম-শারু—, (লাম্মী চৎখি, টিকেন্দ্রজিৎ কিংনা হৌগৎহুনা) কদাই ঐগী থাং—, কদাই ঐগী শগোল, ঐগী নোংমৈ—ঙসিদি অংগ্রেজ লাম্মী অমত্তা থারুরোই মাইমু করি য়েংলি—, পীয়ুনে কদাই ঐগী থাংহু, ইসে—ঐনা হায়রবা তাদরে (মাইমু থাং লানখিল্লি) চৎলু নংসু শেম শারু ঐ হৌজিকমক লাল চংগনি, (থাং শন্ডুনা) হাঃ হাঃ হাঃ—ঐগী থাংগী

মথৌ-হন্নি য়েক্লবা লিশিং লিশিং হাংপদা ঐগী থাংগী মণুন মাংখিরোই, ময়া কুমথিরোই—কদাই, ( থোংকম অয়া অনি থাংহুনা থাং অহু হাই—তুরে, অান মাংলে, মাইয়ুনা শৌহুনা কমুংদা চেপহন্দি—থাং তা নোংবৈ মকম চানা লোইশল্লি )

মাইয়ু—মাংলে, ঐ মাইবা কৌক্লদবা য়াম্রে। ( চেনখোকখ্রে—মনিংথোং লোয়দগী মপম-মনা ইকা কারবী—অঙাওবী মান্নবী মাইপাকপী খউম পিক্না চংলকই—টিকেন্দ্রজিৎনা বাহন্না লৈবা অহু উবদা চংশিন্দুনা লেবা তৌরি—তাঙা অশীদা মপাক্না মী লাকপগী খউম তারে, হৌগৎতুনা মমাং থোংদা থোক্ক্না য়েংলুরগা কমখাও কাংখদা চংহুনা লোংখরে। ঙাইহাক লৈরগা খেলেন্দ্র সুবিদার পিস্তোল চৌংহুনা তপ্না চংলকই—টিকেন্দ্রজিৎকী মনাক্তা লৈবা থাং অহু লৌখোকলে— )

খেলেন্দ্র—যুবরাজ, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ—টিকেন্দ্রজিৎ!

টিকেন্দ্র—( তপ্না মিৎ পাংথোকক্না ) কনানো—, কন্নিনো—?

খেলেন্দ্র—ঐ অংগ্রেজ গভর্ণমেন্টকী কর্ম্মচারী সুবিদার খেলেন্দ্র হায়বা অহনি।

টিকেন্দ্র—কন্নি হায়নিংই?

খেলেন্দ্র—গভর্ণমেণ্টকী হুকুম মতুং ইন্না নংবু ফাবা লাক্লিবনি।

টিকেন্দ্র—ঐবু ফাবা লাক্লিবা? ( তপ্না হৌগৎতুনা ) মৈতৈমচা নংনা ঐবু ফাবা লাক্লিবা? কন্নিগীনো অহক ফিংলিবা! কম্মু, কম্মু—ন্না ঙাংনথিসি। সুবিদার সাহেব ঐদি নাহুনা চৎপস্থু ঙমজ্রে—, নখোইনা অমুক কাবা-খোৎপা ঙাইজ্রবস্থু ঐ ইশানা লাক্কনা হেক্তা হাজির তৌরগদবনি, ঐ লোৎপা

নত্তে হৌগৎতুনা চৎপা ওম্বা কাওবতংদদি—হায়তুনা লৈবনি—, ফনবু ইকাইবা রানি সুবিদার সাহেব, মণিপুর ইতিহাসতা—টিকেন্দ্রজিৎনা অংগ্রেজবু কিতুনা লোৎপদগী কাখি—হায়নহৌব তারে—, সুবিদার সাহেবসু মৈতৈনি—ঐগী মুংশিজরবা কাছারগী মৈতৈ—অতুনা—ঐ হংচিং অসি লাকে ওসিদি চৎলরোই।

খেলেন্দ্র—অংগ্রেজ গভর্ণমেণ্টকী অকনবা হুকুমনি—হৌজিকমক চৎতবা য়াদ্রি।

টিকেন্দ্র—এ হৌজিকমক চৎতবা য়াদ্রিবা—, ফরে অতুদি দোলাই অমতং থৌরাং তৌদনা।

খেলেন্দ্র—দোলাই—হাঃ—মুংঙাইরেদা—, কয়াদা চাওথোক্লিবনো। মাতু য়ারোই রাজকুমার, পুন্দুনা খ্বাইবু থংহন্নবা সরক লমজাওদা চৎকদবনি। হৌজিং সনাখোইগী দোলাই তোংবগী মতম অতু লোইরে, কৌগৎলো চৎনবা থৌরাং তৌসি।

টিকেন্দ্র—ঐবু ফাবা সুবিদার সাহেবকা লোইননা মী কয়া লাকই?

খেলেন্দ্র—মতু হংতুনা নহাক করি তৌগে হায়বগে?

টিকেন্দ্র—সুবিদার সাহেবকী খোন্দা অসিদে!

খেলেন্দ্র—করিনো খোন্দা হায়বদে, বন্দী নংনসু অমুক ব্যবহার পামলিবরা? কায়রোই সনা, নখোইগুম্বা মী কয়া কয়া থেংনতুনা লাক্লবা খেলেন্দ্র সুবিদারনি, ফজনা হায়রিঙৈ অসিদা চৎসি—নিংঙাই চাওগনু চৈ চাতুনা তোকনি।

(বা অদি তাবদা শাওমনখিবনা টিকেন্দ্রজিৎ চোংশিনরে,

খেলেন্দ্র সুবিদার পিস্তোল কাপ্পা নংহৌত্রে, মখোই অনি নয়গ্রে টিকেন্দ্রজিৎনা হানখিবনা পিস্তোল অমসুং থাং খেলেন্দ্রদগী মুন্রে—, )

টিকেন্দ্র—হুই নংনা নোংশা কাগনি হায়হুনা লাকচবা-শাই, খংলব্রা অংগ্রেজগী মীনাই নংগুম্বা থৌগললোল ব্যবহার খংদবা মীরেম অমনসু মণিপুর যুবরাজবু ভরাইনা কাগনি হোৎনবা শারি। লেংগনু , ঐ'সি কনানো খংব্রা ?

খেলেন্দ্র—মণিপুরগী যুবরাজনি।

টিকেন্দ্র-- যুবরাজ অমদা করম্বা রাঙাং-ব্যবহার তৌগনি হায়বহু নাহাক খংব্রা—? নং মৈতৈ নব্রা ? হায়য়ু খংব্রগা ভাকপিগে।

খেলেন্দ্র—ননাই—ঐ—,

টিকেন্দ্র—হাঃ হাঃ হাঃ খংবদি খংই —, নবুংঙো অংগ্রেজনা তম্বীহুনা থোৎনা নৌনা ঙাংবা হৈতে। ( তাঞ্জা অ'সদা সিপাহী অমা মনিংথোং লোমদা নোংমৈ শায়হুনা চংলকই মাহ উহুনা টিকেন্দ্রজিৎনা পিস্তোলনা কাপ্পুনা হাৎপ্রে- তাঞ্জা অহোবা অসি উহুনা খেলেন্দ্রনা চেনশিল্লক্কুনা টিকেন্দ্রজিৎতগী পিস্তোল মুন্দগ্রে থাং লৌশিনগ্রে— )

খেলেন্দ্র—খংলেদনা যুবরাজ নোংমৈগী মমাংদা থোইনা কনবা লৈতবনি।

টিকেন্দ্র—হাঃ হাঃ নংগী পিস্তোল অহুগী মরু মঙা তরুক অহুনা ঐবু হাৎপা ঙমজগদ্রা, কারিগুম্বা শিহৌদবা থোক্লবদি হন্দক্তি নংগী হিংকম লৈত্রবনি। ( মাইপাকপী কাংখদগী লোয়া থোরক্কনা নাচৈ অমনা খেলেন্দ্রগী মনমপন্দা নম্নগা—, )

মাইপাকপী—খুৎলাই থাদোকউ, লেংগনু নথ্বাই মাংগনি, ( খেলেন্দ্র, পিস্তোল স্নুং থাং থাদখ্রে—মতু মাইপাকপীনা খুল্লগা যুবরাজদা কংশিল্লে )

মাইপাকপী হাঃ হাঃ অঙাওবা—ফাও—ফাওনে, যুবরাজ ফাব্রবদি করি তৌরে—।

খেলেন্দ্র—( হন্না য়েংলগা ) অঙাওবী।

টিকেন্দ্র—সুবিদার সাহেব হন্দকমুক্তি হিংফম লৈত্রেদো!

খেলেন্দ্র—যুবরাজ ননাই ঐ লাঞ্চখ্রে থরাইতদি কনবিয়ু!

টিকেন্দ্র—শিবস্থ কিরি!

খেলেন্দ্র—ননাই ঐ লংজখ্রে, থরাইতদি কনবিয়ু।

টিকেন্দ্র—ঙসাইনা অতুম হায়না চংজগনি; হায়য়ু নাহাক ঐগী ইতেং পাংলরিবী মুপীমগা অসিদা করিগুম্বা দণ্ড অমত্তা পীরোই?

মাইপাকপী—যুবরাজ!

খেলেন্দ্র—শ্রীগোবিন্দনা সাক্ষী ওইসনু ননাই ঐ করিগুম্বা দণ্ড অমত্তা পীজরোই।

টিকেন্দ্র—( পিস্তোল অছু খেলেন্দ্রদা লংশিল্লগা ) লাও ঐবু পুল্লরো লাও, ঐ হৌগৎতুনা চৎপদি ঙমদ্রে, য়াইস্কুল সড়ক লমজাওদা থ্বাং অসিদা পুল্লগা চিংথুনা পুরো লাও।

খেলেন্দ্র—খংজদবদগী সনা চরণদা লংজখ্রে ননাই ঐবু ঙাকপিয়ু।
( চৎকে তৌই )

টিকেন্দ্র—চৎখিনু লাও, নংনা অস্থুক য়াম্না রাজরগা মীনা মনা ফংথিবা তারে, ঐনা নংগী নরীল য়েংনিংথুনা তৌবনি ঐবু পুল্লরো লাও।

খেলেন্দ্র—সনাখ্যা ইবুংঙো!

টিকেন্দ্র—নংলা কাদ্রে অতোপ্পা অমনা ফারগদবা মরৈরে অহুগী শরুক ঐবু থংবা ঐনা মুংশিজরবা কাছার লৈবাক্কী নংঙুম্বা প্রজা অমনা চাওহৌরবদি নোংমা নত্রগা নোংমদি লৈবাক্কী কাম্নবা তৌরবা য়াই, মরাইবক থীরবা ঐগী প্রজাশিংবু মুংশিবীরবা য়াই, লাও ঐবু ফাজররো লাও ।

মাইপাকপী—সনাখ্যা ইবুংঙো ( মখোংদা তুহুনা ) নহাক্কী মণিপুরবু ঙসি মীয়ৈবাক মচাগী মখুৎতা অসুম লৈহৌবা তারবরা ?

টিকেন্দ্র—কয়ি তৌগনি মুপীমচা, শ্রীগোবিন্দনা থৌজানবীজ্রে, নখোই লৈহৌখো, ঐনা শেমলম্বা চারশিং অহু মপাল শাৎ মহৈ য়ালহনবা ঙমত্রবসু কংদনবা মতম চানা ঈশিংতদি চাইথিয়ুকো !

মাইপাকপী—থরাই কৎতুনা সনায়াথং ঙাকপা ঙমজবা বর পীনবীরম্মু ।

টিকেন্দ্র—মুংঙাইরে মাইপাকপী, কপকনু, নংনা কপ্পা পকচদে নংঙোন্দগী ঐনা আশা য়াম্না তৌই, নংনা মৈতৈ পুম্নমক্কী মমিৎ পাংহল্লকনি হায়না. লাও সুবিদার সাহেব ঐবু পুল্লরো লাও ।

খেলেন্দ্র—পুনবা, সনাখ্যাবু পুনবা ননাই ঐগী ইতিক নত্তে, লেংবা তারবসু করিগী সনা খোংনা লেংগদগে, দোলাই লেংজাওদা লেংগদবনি, ননাই ঐ ইশায়ক য়াওনা দোলাইরেং ওইগনি, হায়গনি অংগ্রেজ গভর্ণমেণ্টতা, থংহনগনি লৈবাক পুম্নমক্তা, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফারকপা নত্তে, অংগ্রেজ গভর্ণমেণ্টকী প্রতিনিধি খেলেন্দ্র সুবিদারনা সনাচরণ পায়হুনা হায়জবদগী লেংলকপনি ।

( খেলেন্দ্র সুবিদারনা সেলাম কৎলি,—কয়াক অহু মমত্রে )

# ঙগুবা উৎপা।

## লুংথিল পুং ৫ তাবা মতম

( কৈথেল অচৌবা ময়া—পিয়াংনা মাইথোং চোংলবা প্রজানা লমী লমথাং চিংনা-চায়নবা ঙমদবা মথৈ কিক্তৌ ফৌবগুম ফিজুনা লৈখ্রে—, থাগুরুা ফাসিগী সগাই উরি—, খুৎলাই পায়বা সিপাহীশিংনা য়ায়া চেক-শিন্না ঙাকশেন্নি—, হুমিদাংবাইরমগী কোয়্রোইনবনা নোংচুপ থংবা চৌংগী মরুমদা মণিপুরগী অবাবা অসি য়েংনিংদত্রনা লৈথীমখ্রে—থাগুরুা হিরুবা খোঙ্গেলদা কনাগুম্বা প্রজা অমনা তেংথায়রকই— )

ঙসি পানথৎলকপা থবানগী নিপামি পানবা হুমিংনি,
পুক্লিং হুনা নিংথিরবা অমংবা নোংলক্তুগী
তরেৎনিগী কলাতং য়াৎলিবা থাজনা
মৈতৈ লৈবাক্কী অরাবা তনিক তনিক্লা য়েংজরি।
ইমা ভারত লৈমগী নোংপোক চিদাই লৈকোল,
মণিপুর মচাগী চাওথোকচফম অমরাপুর,
প্রকৃতিগী খুৎশেম অপুম্বা মাংথিক্রি
ঋতু তরুক্কী খোংচৎসু কায়রক্তি,
করি য়াৎতুনা হুংবংই! অরাবা শক্তমবু মিতয়ুগা—
তেংথা ঈশৈনা শৈহেকপা মতোক্কী মণি মাংগ্রবী
লীলগী মতৌগুম্রত্রনা;
এ অসিগীদমক্তরা পালেম অশোকপী—
ঙসি কোয়্রৌ নোংপ্রাদগী অহিং ইচিক হুয়রকপদা।

শজিক থাবা থোক্লরোই নংগী নরাইবক্কী অতিয়াদা ;
চীংলাইবক্কী উ-থম্বাল পাংখকপা নপারী,
টিকেন্দ্র থাঙ্গাল পাঙ্গলবা অনি কেনথিগদোরে
লৈখোক লোয়বস্থ নত্তনা লৈরাং থকেন্নত্নুনা—,
অত্নুগীরা—, অত্নুগীদমক্তরা পলেম অপোকপী— ?
পঞ্চভুতকী হকচাংতং মাংথিগদবনি মতম শুরত্নুনা
হেনফদ্রবা মপুগী থৌদাং পুরত্নুনা—,
অসিবু অমর থুভম নত্তবরনে ইমা !
মরৈবাক্কী মনিংতম্বা ঙাক্লবগীদমক্তা
নোক্লা নোক্লা কাঁসিগী সগাই কাখৎপা ঙম্বা - !
···করিগী কপনিংঙাইনো করিগী রানিংঙাইনো,
পলেম হুংশিবী— ! ঐখোইদি অত্নুম্না তেংথাজরোই,
নোক্লা চাওখোক্লা শৈশকচগে অহোইনা,
নাপলগী কুয়োম্না লৈতেংজগে করাম চাওনা লাওজগে—,
--পৃথিবীগী করম্বা মফমদা পোকথিবগে মরৈবাক নিংবা কনা,
লৈবাক পাম্বনা ঙাওরবা ম্লেছ জাতিগী
ধর্ম্মাধর্ম্ম থায়দনা লৈবাক লোকপী শান্নবগী ইচেলদা
অরাংবা পলবু থিংত্নুনা নোংশাগী লাল্লাও লাওত্নুনা
অংগ্রেজ মমু য়েথেকপা বীর টিকেন্দ্র থাঙ্গালগী জয় ! —
লাওত্নুনতা কান্নদে ইচিল-ইনাওশা !
কদাই হৌজিক ফাওবা মিকপ থোক্ত্রিবরা— ?
করিগী তুম্নি হোগৎলো অমুক্তং য়েংউ চিংনা,
নকোক থক্তা লৈতেংলম্বা তক্কা য়াই অনি

পুখিগদৌরে মাংখিগদৌরে তাইবং-মালং য়াংমদা ;
অরাবনা মতাইদা অনৈবনা ময়াইদা— ,
অয়ানবা মীনম্বা ময়াল পীশিন্নবা শেমগৎখ্রে
মণিপুরদা লৈবা কোর্ট মার্শেলগী চেয়ারমেননা !
করি য়েংলি ইমা-ইবেল ইচিল-ইনাওশা
নথাদগী নচা হুন্দোকলমউ লৈজবা শেঙ্গা থাম্মগৎলু
থরাইগা ইজৎকা শিন্নসি থোরকউ লাও কনানো
কলিকাতা য়োনা চেনবা তম্বা মৈতৈ মচা অশিংবা—
—মনিংতম্বা লৈবাক অমদা
মথৌ থংদবা চীফ কমিশনার অমনা
লম তানুশিল্লগা কারল ফুহন—
মৈতৈনা মণি মাংগদ্রা—?
মতিক চানা য়েৎনরু
টিকেন্দ্র থাঙ্গালগী মথক্তা মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা
মীখা পোনবা লৈবাক্কী আইন্ শিজিন্নবা য়ারোই থংহল্লু ।

( খুৎলাই পায়রবা সিপাহীনা পুমকোই কোইরহুনা য়োংহিলং-ফলাং চন্নবা টিকেন্দ্র থাঙ্গাল অনিবু ফাঁসিগী কম্বাকতায়। পুরকই— )

ও—নংত্রে—নংহনত্রে ফাঁসিগী হুকুমা হানখ্রে,
অ-হ-, অহুদি কমদৌনি— !
নোংমা পোকপা মচানা নিনি শিবা হৌনব্রা ?

( টিকেন্দ্র, থাঙ্গাল সগাই মনাক য়ৌরক্লে—মেজর মেক্সুয়েলনা ভারত সরকারগী হুকুম চে অহু পারকই— )

# GOVERNMENT OF INDIA, COUNCIL SECRETARIAT.

Letter No. 99040/GM/ Org

Dated, Simla, the June 24, 1891

His Excellency the Governor General of India is pleased to have the following document forwarded to the Chairman, Court Martial, Manipur State to go on the law in its course at the earliest convenience.

Sd/John Ghost,
Assistant Secretary
In council,
Government of India.

No 1603 E—Your letters of 37 of 10th June 48 of 14th June, 58 of 20th June, 67 of 24th June and 91 of 8th July. The orders of the Government of India. The Government of India considered that the Senapati Tikendrajit Singh was properly convicted of waging war against the Queen and of abetment of murder. The Govern ment of India confirmed the sentence of the court which should now be carried into execution. Secondly, the Government of India considered that

the regent Kulachandra Singh and the so called Senapati Angou Sana Singh were rightly convicted of waging war against the Queen but in both these cases the Government of India is pleased to exercise the prerogative of mercy ; the sentence of death is commuted to a sentence of transportation for life with forfeiture of all properties. Thirdly, the Government of India considered that Thangal Singh alias Thangal General was properly convicted of murder and directed that the sentence of death be carried into the execution. During the pleasure of the Governor General in Council it is directed that you should make arrangement for announcing and carrying out these sentences in a formal and striking manner but without inflicting upon the prisoners any unnecessary suffering. The decision of the Government of India with regard to the future of the Manipur State will be conveyed to you hereafter.

Manipur—11-8-91

( হুকুম পাবা লোইরে—টিকেন্দ্র, থাঙ্গাল সগাই মথক্তা কাথংল্রে—, অবাম্নদগী মিয়বা, হিক্রবা থোম্বাংদা নুপী অংনা ভেংথাম্নকই— )

চংলোকো হে অথৌবা

কাউররোই নংগী নপাও

অমগনি চোকথরবা মৈতৈদা




শতাব্দী কয়াগী মতুংদা।
নংনা করিগুম্বা কুমলক্লবা
হল্লকখোকো নরৈবাক অসিদা
লমজিংবীরখো পংলবা নয়োই-ননাওশিং
কাওগম্লকো হে অথৌবা।
জাতিগী ঈনা কৃংনা
শেমলমগে অঙাংবা কালি
নহাক্লা হল্লকপা মতমদা
য়েক্লখোকো পোইরৈ মৈতৈগী গুমথৈ।

( তেংথাখোল অসিগা লোয়ননা থৌরি কোদোই হকখ্রে—তেংথা শৈদেকস্থ লোমখ্রে—কথাক'স্থস্থ মমথরে )

## লোইরবা